# উদ্ধব্‌কী পাট

সোনামনি এলাংবম

অহানবা ফোংবা—আগষ্ট, ১৯৮৩ ইং

ফোঙ্‌জবী :— কমলাম্মা রাজকুমারী

ফংফম:— রাইটস বুক ষ্টোর পাওনা বাজার, ইম্ফাল মনিপুর
সাহিত্য পরিষদ্‌, ইম্ফাল




কোপী মশী — ৭০০ (চাতুরেৎ)

মমল — লুপা ১৫ ( লুপা তরামঙা )



নম্ফম :— মনিপুর নিউজ প্রিন্টিং ৱার্কস, পাউনা বাজার ইম্ফাল ।

# ৱা অমত্তং

অঙাং ওইরিবঁদা বকুল্ মখোঙ্ মাগুবতা পারিজাত্ হরন্গী ৱারী তাখি। মতুদা দ্বারকাদা লৈরিবা সনা লুপা মনিমুক্তা ফিরোল্ পুম্বনা খল্ নামদা হাপ্লগা শ্রী কৃষ্ণনা খল্ নামদা ফমতুনা ওন্বদা শ্রী কৃষ্ণতনা লূম্বা হেল্লতুনা ব্রহ্মর্ষি নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণবু পুখিবা তারবদা ভক্ত উদ্ধব্না চেস্থোরক্নুনা তুলসি পত্র অমদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্ ইরগা খল্ নামতুদগী পোৎ পুম্বা লৌথরগা হাপ্পদা তুলসি পত্র অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মশামক্তগী লূম্বা হেন্দুনা নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্ ইবা তুলসি পত্রতু পুদুনা চংখি। শ্রীকৃষ্ণ মশা-মক্পুদি দ্বারকাদা অতুম্ থনমখি। মুমিং অতুদগী খন্খি উদ্ধব্ হায়বসি কনানো—মাগী ৱারী খর পানীংখি। ঐবু পোকপীবা পন্থোগী মনাক্তা লাক্পা অহল্ লমন্ ৱারী শাবদা উদ্ধব্ সংবাদকী ৱা ভাঙ্নবা তাখি—থাঙ্গৈশেংবদি খঙ্খিদে। মতম কুইনগী তুংদা ইং ১৯৮০ হৌগৎলক্পদা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান্ পারুবদা ৱারী অসি থেংনরুবদগী উদ্ধবকী পাউ ইগে খন্খি। ইং ১৯৮১ দা ইখি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী ৱারীনা মপুং ওইরগা চুম্নগী ঐনা খঞ্জবা মওংদা উদ্ধব্কী পাউ ইজবনি।

জগতকী মবুঙো ওইরবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কোলোই শোগ্ন-শকচবসি খঙ্জদ্রবা অমনা শোগ্নবনি খনবীতুনা ভক্ত ওইবশিংনা অয়োন্ অরান্ পুম্বা ভাকপীগনি হায়না খঞ্জে।

সোনামনি

# উদ্ধবকী গাউ

## গৌরচন্দ্র প্রভুগী ভাব

### ১

বসন্ত ঋতু লানবপদা অনৌবা য়েন্নী হুল্লে।
সুরোধোনী গঙ্গা মপান্ অনৌবা শরোন লৌবে,
গৌরপ্রভু উকবদা সুরোধোনী মোমোন্ নোক্লে,
সঙ্কীর্তন খোজেল্ তাববদা গঙ্গা ঈথক্ হৌবক্লে।

ভক্তশিংনা ইকোয়কোয গৌর নিত্যায জগোয় শারি
কলি যুগকী জীব লানবীগে হায়না গৌরদি
হরিগী নীংথিব' কোলোই মিংলেন শক্লী শোল্লী
"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ"—হরি মিলেন শোল্লি শক্লী।

কৃষ্ণ নায়া অথোইবা লন্নি কলি যুগতা,
হরি কোলোই নঙনা গতি লৈতে তাইবঙদা ;
ব্রজ ভাবপু ওইবক্লে গৌরচন্দ্র প্রভুদি—
গদাধর উকবদা নীংশিংলক্লে রাধারানী ;
সুরোধোনী' যমুনা ওইরে, ভক্তনা ওইরে সখি'
ভাবনা ডাওরে লৈনায়দা ওল্লে গৌর রাইদি।

## ২

গঙ্গাগী পাক্ল' লৈঙোই সেক্তা থক্তা
করম্নো দোড়ী য়াওদনা উংলেদো
বসন্ত চেক্লা কোকিল্ খোন্থাংলক্তা
তোয়্না কৌবে, লৈবাক্তা ওল্লে গৌবদো ;—

"প্রান রাধে। শ্যাম্ থবায়্ বিনোদিনী
বসন্তনি—মালঙনা লিবি হুমলি
উচেক ব্রায। পৃম্বনা শোল্লি "রাধা"-
প্রভুনা কৌরি "হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ"--

"ভুন্দোক্রমলে নহাক্পু চান্নথোইবী
নানা কংসেই পন্ন যজ্ঞ য়াওইঙদা—
করম্না লেল্লী, ওন্থোইনা খাঙহৌবী।
প্রেম্ বিকাব ওইরে জ্ঞান মাঙলে গৌরদো—

তোয়না তোয়না কৌরকলে—"উদ্ধব চান্নব ..
হংপুনে চান্নবীগী মপাও এজদা।

## ২

# বলাই কাহ্নাই দেবকী বসুদেব উনবা

ধনুর্যজ্ঞ লোইখরে কংস উদ্ধার তৌবীরে,
চান্নুর মুস্তিক্ লোয়ননা পাপী কয়া লান্বীরে;
উগ্রসেন্গী মথুত্তা লৈবাক্ অমুক্ শিন্নরে
ৱারবী পৃথিবী—অৱা পোৎলুন কোক্চরে।
বলরামগা লোয়ননা "ইমা ইমা কৌহ্না
শ্রীহরি কৃষ্ণনা চেন্শিন্নকলে কৈশুমশঙ্ তম্না
যোংকা য়োংহ্নলোং থদংলে থাদোক্লে বসু দৈবকী
থুকমজরে অনিনা চরন শোক্না মখোয়গী।
শ্রীহরিনা হায়্রক্ই সুংশিরবা খোস্থোক্লা
"নচাবু ঙাক্পীয়ু ইমা থৌজান্বীয়ূ হে পিতা
পলেম পম্লৌ অনিবু থৌঙই উসিংতরবা
মাগুম্না তোল্লবা অমা লৈত্রে তাইবঙদা'
তৌবীমল্ খঙদ্রবা নচানি পঙলবনি ঐখোয়দি
যৌঙইকদ্রে ৱাদৌয়ু ঙাক্পীয়ু ইরাল নচাগী
লঙজরুরে ইরাল কয়া থৌখঙদ্রবা নচান।
চানবীয়ূ চানবীয়ু, ঙাকপীয়ূ ঙাকপীয়ূ নখোয়না॥"
পিরাংনা চোৎলবা মিৎস্না মরিনা
চিংনা-চিংনা য়েংজে বসুদেব দৈবকী
যেংবগী পেন্বা নাইদ্রবা শক্তমদো
য়েংলিমথৈ, পেনবা নাইদে অনিদো।

মালঙ্ তাইবঙ্ খমনুংগী ৱাংমদস্ু
ৱাখল পুক্নিং থম্মোই পুম্নমদস্ু
লৈরমলোইনে' সিগুম্না শকহেন্বা
ফংলোইনে কৈদা সিগুম্ন' খোয়নৌবা ॥
কপ্পতনা লোথরবা খোন্সিনা
কৌজবি দৈবকী হন্না হন্না
"ইমাগী থম্মোই মনি নুংশিথোইবা।"
চিংনা যেংলি পেন্নাইদ্রবা শক্তনদো।
অৱাব-লক্তস্ত খোয়কন তৌজৈ বস্ুদেব
খঙ্গে-লৈবিদ্রা'মা হেন্না নুংশিথোইবা।
থাঙ্গংলে পাম্বোম্ শাবে হবাও জগোই
"পেন্লে পেন্লে, থম্মোই পেন্লে ঙসিদি।
উজবদা নখোয অনি, ৱাম কৃষ্ণ
চঙশিন্লকউ ইনাক্তা (ইপাগী ইবুঙো) দাওজী কহ্নাই
ইপা কোনগে লাও, ইপাগী থৱাই মনি ॥"
চিংন্য়েংজৈ (বসুদেব) তিংথোক্চৈ পাম্বোম অনি।
খৌগংলবী দৈবকী মির' খোঞ্জেল্না
হায়বক্ই নুংশি নুংঙেল্ নুংহিক্লনা
"হে যাদব। ইমাগী নুংশিথোইরবা।
নিঙম্হৌদেকো ইমাগী ইবুঙো!
পোক্পদৈই উবা ফ জদ্রিবী ঐনি
তাবা ফংদ্রি ইচাগী নুংশি খোঞ্জেল্
কংসবু কিবনা খোম্লাং মায়োক্নদনা

থেঙ্‌ল’ অহিংদা গোকুলদা থৈখিবা
মুংশির’ নঙবু ইমাগী ইবুঙো
মিকুপ কাংদনা নীংজবী ঐহাক্কী।
অহিং কয়া তাংলো লৈনা থেংবদা
ইমাগী খোম্লাং নঙ্‌থরক্লবদা
নঙবু নীংশিঙ্‌ নীংশিঙ্‌ কৌখি কয়া
কংসগী মম্‌লবা কৈশুম শঙ্‌মুংদা॥
ইমাঙ্গ’ ‘বুঙো নঙ্‌বু কায়ন’ মৈচাক্লা
থম্মোই কায়না অরা মৈশা নংলবী
মংলু পিবাং থন্‌ নঙ্‌বু নীংশিংদুনা
কুমজা কযা লেল্লক্লবী লাইবক থীবী (নমা ঐমি)
ঙসিদি পেল্লে পেল্লে থম্মোইসে।
ইমাগী মনি ! নঙগী চেঙ্‌লো উজবা

মুংশি খোঞ্জেল তাজবা
পেল্লে ঐগী থম্মোইসে

অরা অমা কাউথরে
হরাউ মথোই কারেনে।
লাও লাও ইমাগী নিলমনি
ইমা পমগে লাও
ইমাগী খোম্লাং নঙ্‌থরক্লে
লাও লাও ইমাগী মনি
ইমা খোম্লাং ইনগে লাও।

মতম্বাক্তা পমজরে দৈবকী
শ্যাম নিলমনিদো
খোম্লাং ইন্‌জৈ মমানা
মকোক্তা নান্‌বী মুংশিনা
মোমোন নোক্‌চৈ শ্যাম
চিংন য়েংজৈ দৈবকী।

## প্রদোষ লিলা ভাব উদ্ধবগী য়াথং

৩

কংস নিংথৌ লৈতরে লৈবাক্কী ব্রাবা কোকখরে
শ্রীহরি লাক্লবদা মথুরা বাশি হরাওরে ;
রাম কৃষ্ণ অনিনা উদ্ধব অক্রুর লোয়ননা
নগর য়েংবা থোরক্‌লে য়াদবশিংনা তুংইন্না।
হরাও তয়াম্‌ পুমথন্‌ থন্‌ মনিন্‌ নাইনা লাঙ্‌খরে
পেরে শিঙ্গা খোংলক্‌লে ঢাক ঢোল য়েরকলে
থোঙ্গাল খুদিং লফুয়ুং ঘোট চফু খিন্দুনা
য়াঙ্‌বী শোরোক পুমথন্‌ থন্‌ শোরোক কাগুপ্‌ লেপ্তুনা
ধুপ বর্ত্তি কংখরে মৈরা পরেং থাঙ্গৎলে
"শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে" মায়কৈ পূম্বা নিল্লক্‌লে।
মথুরা বাশি পূম্বনা লমজাও শোরোক থম্ল-চং
কনানা ঈশৈশক্‌ কনানা জগোয় শা

# উদ্ধবকী পাউ

কনানা পূংবু থিন্ কনানা বিনা খোং
পূমনিন্ নিল্লে মথুরা পূল্লাং লাঙ্লে নগরশে।
লৈরাং খুঙ্গোক চাইথরকলে হরি ধ্বনিনা নিল্লক্লে
শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে রাম কৃষ্ণনা জয় ওইরে
মায়কৈ তরা নিল্লকলে মীপূমতিংনা লাউরকলে
মথুরা বাসি পূম্বা হরাও মথোই কারক্লে।
রাম কৃষ্ণ অনিনা যদব'পূম্বা তিন্ননা
নগর য়েংনা কোয়রিদো হেদোই হেরাও কারিদো
সন্ধ্যা মতম্ হেনখরে অহিংগী অহান্বা যুথক্কি
দলাই লেংদ' তোংতুনা লোয়িন থমইন্ ভুংইন্না
য়াঙ্বী থক্তা চংলিবী মূনা মূনা য়েংলিদো
চুম্বং লৈনা হাইদোক্লা—"কদাইদনো শ্যাম।"
লৈনারক্তা উখরে নীংথিরবা শক্তমনি
মীরাও ঈখোল্ নমহৎনা খুজি নাচি খোঞ্জেলনি
শ্যামগী থবাই তনিকলে অদুগৈগী শক্তমনে
গোবর্দ্ধন যজ্ঞ লম্বীদা মানস গঙ্গা মপান্নে।
"ব্রজেশ্বরী চান্নবী কদাইদনো নহাকপো
চন্দ্র সরোবর কুণ্ডদা ঙাইজথিবা মতমদো
প্রদোষ কালগী লায়নানি ব্রজবৃন্দাবন কৈদনো?
শ্রীকুণ্ডনা কদায়দা ওসিগী সঙ্কেট কৈদনো
নোপুর খোঞ্জেল শৃং শৃং ঐগী বাসি কৈদনো?
থম্মোই ওমচারুরকলে কান্নাই লোন্না থোকখরে

মীয়াম লক্তে থৈদোক্লে অচিকপা মফম কৈদনো
চান্নবা উদ্ধব কৌথোকলে হাঙ্ল' লমহাং পাংলক্লে।

যুথেশ্বরীলক্তা অথোইবী
শ্রীবৃন্দাবনগী মবেম্মা
রাধিকা বিনোদিনী
প্রানেশ্বরী উনিংবনা,
চেঙ্থৈগুম্ নিক্লক্লে শ্যাম।
প্রেম্না থল্লরাক্লৈনা
মতেক্ মতেক্ খোম্হোক্লা
হায়রক্লী নীক্লা নীক্লা।

"হে উদ্ধব! চান্নথোইবা!
নঙ্তনা খঙ্বনি ঐ' আসা
নঙ্তনা খঙ্বনি ঐ' রাবা
শ্রীমতি কায়না মৈচাক্লা
মায়্কৈ খোল্লা চাক্লেনে
ওমচাক্লরে ঐহাক্সে।
কুঞ্জবন্না কদায়নো
শ্রীকুণ্ডনা কৈদনো?
অহিংনা ঈচিক্ হুল্লগা
থাজনা রাংনা কারগা
ওমচাক্লরে কৃষ্ণ ঐদি
কদায় ঐগী থরায়দি?

হে উদ্ধব্ চান্নথোইবা
নহাক্কনা খঙ্বনি
শ্রীদামগী শাপ্পা ঐহাক্তী
নবেম্মা উনবা য়াদরে
চহি চামা কায়ন' তারে,
হে উদ্ধব ! চান্নথোইবা
চৎলু, চৎলুনে থিন্দনা
বৃন্দা মাগী বন্দুদা
শ্রীমতীগী মকাদা
তম্মুনে কৃষ্ণ ঐগী অরাবা।"

হিক্ হিক্ লাউনা কপ্লক্লে
কপ্পা কপ্পা ৱাক্ষরে
জ্ঞান্ মাঙ্লে শ্রীকৃষ্ণ;
শ্যাম্গী মতো য়েংবদি
উদ্ধব্ পূক্নীং মুঙোল্লি।
মনাই উদ্ধব্না কোন্খৎচৈ
চিংনা য়েংনা কপ্চরি।
নাপ্পদা মবুঙোগী
শ্রীরাধা কোলোই নিংথিবী
হন্না হন্না শোক্তরি
হিক্না হিক্না কপচরি।

শ্রীমতী রাধা কোলোয়্সে
সঞ্জিবনি মন্ত্রনে;
রাধা কোলোয়্ তাবদা
জ্ঞান্ তারক্লে শ্রীগোবিন্দ
মিৎস্না তপ্না পাঙ্লক্লে
উদ্ধব্ চিংনা য়েংলক্লে।
মবুঙো চরন্ য়েংত্তুনা
হঙ্গচ্চরে উদ্ধব্না
"ইবুঙো-চানবী হৈবা (হে কৃষ্ণ)
রাধিকাগী থব্রায়্ ওইবা
নযাথং ফিগাও শানা য়াজরি,
ননাই ওইবা উদ্ধব্নি
থিন্দনা খোঙ্দোই হুপ্পগে
শ্রীবৃন্দাবন্ য়োৌজগে।
অমুক্ থীম্থবা ভোজরোই।
নঙ্গী য়াথং কাউজরোই
হে কৃষ্ণ থোজাল্ হৈবা
মপোক্ মপোক্ থুদীংদা
নয়াথং থোদা পাঙ্জবা
পীনবীয়্ নহাক্না
হে কৃষ্ণ।
নঙ্গী কোলোয়্ শোঞ্জবা
রাধা মন্ত্র শোঞ্জবা
কাউহন্বীনু নহাক্না।"

# উদ্ধবকী বৃন্দাবন যাত্রা যমুনা দর্শন

অহিং চুপ্প' কৃষ্ণ মন্ত্র শোল্লগা অয়ুক্তা
কৃষ্ণ য়াথং তুংইন্না উদ্ধব্ চংলে ব্রজদা।
অয়ুক্ ঙন্না হৌগংলে গনেশদেব খুরুমলে'
লাইয়াম খুরুম্ উদ্ধব্না মবুঙো বিদায় লৌজরে।
মঙ্গল পোংলম্ কয়ানি খোঙ্শাল্লনদায় য়েংখিবা
ঈশিং থল্ল চক্ষুনি, লফু লুপা অরংবা
লম্বী য়ায়দা য়েংলগা উদ্ধব্ দলাই কাথংলে
কাইদ কাইদ থৌরকলে্ মায়গৈ ছীন্ন' য়েংলকুলে।

নীংথির' মথুরা রাজপথনি
ফিঙাং লদীং তাবনি
নাকন্দা হৌরি উগী পরেং
শাংলি লৈরাং কয়া কয়া
ফুরা দলান্ লক্তা চংলি
অশংবা লৌবুক্ ফাগুরি
অহাঙ্বা লমহাং লাল্লি
কুংলবা উমং শম্লি।
বৃন্দাবনগী লম্বীনি
উদ্ধব্ কাইদ থৌরকলি ;
শগোল শাজে থাদ্রুনা
মহৌশা ফজ-য়েংনা য়েংনা
কৃষ্ণ মন্ত্র শোম্না শোম্না ;
মালঙ্ খংগোন মায়োক্না ;

দলাইনা চেল্লি গদং গদং
শগোলনা চোংলি খতে খং।
সুংশিংকী মমাঙ্ থারক্লি
খোঙ্লৈ থুনা থৌরক্লি ;
শগোল খুরুপ্ থারক্লে
নমদা শাজৈ হাইরক্লে
ঘূপ্লী কোমথা থারক্লে
মথুবা তুংগুই থনম্লে।
লগী নাকল্ উপাল্ কয়া
চেনখবে মথুবারোমদা,
লেঙ্দবা উনা লেঙ্লক্লে
চেল্লিবা দলাই লৈঙ্খিদ্রে।
শগোলনা খুরুপ্ থারক্পা
উদ্ধব্ প্রবর্ শকহৈন্বা
কৃষ্ণ মন্ত্রদা লুপচরি
শোঞ্জরি তত্তুনা কদাইদনো
হে রাধিকা ফজবী।

থিন্দনা য়োরক্লে যমুনা, নীংথিজরবী ;
থেক্লা খোয়না চেল্লিবী, মাধব্ থম্মোই হুখিবী ;
শংবানবী যমুনা গোপী থম্মোই হুরিবী
মহাকপু উরুবদা উদ্ধব্ থম্মোই সুঙোল্লি।
"বসুদেবনা পমতুনা অহিং নোংয়াই চবুক্ত
অদুবুঙৈ নবুঙোনা নহাকপু লানঙৈদা,

ক সৈই কৈশুমশঙ্ থাতুনা গোকুল তম্না চেনবদা
ঈথক চাওনা হৌরবী নঙ্না লম্বী পীখিদো
বসুদেব মথান্নুংদৈই নঙ্না লৌনা পমখিদো
মহাকপু পমজকবনা মথান্নুংদা নহাক্কী
শ্রীঅঙ্গ কান্তি ফংতুনা শংবান্নবে নহাক্কী।
নহাক্কী পুলিন্দা লৈঙোই শেক্তা মথক্তা
যুথেশ্বরী রাধিকা ব্রজগোপী পুম্বগা
মবুঙো কৃষ্ণ লোযননা রাস্ লিলা শান্নখি
নহাক্কী লাইজ ঈরোন্নুং গোপী ইকাই ঙাক্চখি;
বস্ত্রহরন্ তৌৈঙদা মবুঙো কোলোই শোঙখি
লাইবক্ ফবী নহাক্কী হরি কোলোই তাজবী
ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা গোপীশিংগা লোয়্ননা
নঙ্গী লাইজ ঈবোন্নুং জলকেলী শান্নখি
রাধা কৃষ্ণ অনিগী নৌকা বীলাস্ লাঙ্খিবী
নহাক্কী পূলিন্দা হরি ধ্বনীনা থল্লবী
শংবানবী যমুনা লাইবক ফবী নহাক্কী ॥
রাধা কৃষ্ণ অনিগী ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী
যুগোল মুর্ত্তি উজবী লাইবক ফবী নহাক্কী
শুরগী মবেম্মা ওইরিবী ব্রজগোপী খিবিক্না
নীংথিরবা খোঙ্গেল্না তাইবঙ্ পূক্লিং শুম্কংনা
রাধা কৃষ্ণ অনিগী কোলোই মিংলেন শোনখিবা
থম্মোই পেম্না তাখিবী লাইবক ফবী নহাক্কী
ধনুর্যজ্ঞ যাত্রাদা অক্রুরগা লোয়ননা

রাম কৃষ্ণ অনিবু নতম্বাক্তা পমখিবা
শংবানবী শক্হেন্বী লাইবক্ফবী নীংথিবী
নঙ্গী লাইজনা থেংবদা ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী
অঙ্গ গন্ধ ফংজরে ; লাইজ খুজোক থক্তুনা
অরাম খৌরাং কোক্লবা শেংদোক্লবা হকচাংনা,
রাধা কৃষ্ণ অনিগী চরন্ শেব্া ফংজগে
হরি কোলোই শোন্বদা থরাই অসি কচ্চগে
রারম অসি হায়তুনা উদ্ধব্ প্রবর নীংথিবা
যমুনাবু খুরুমলে লাইজ তর্পন কচ্চরে।
মালঙ্ শউম থেংবদা ঈথক্ ঈপোম্ কারিবী
রায় রায় চেনবী যমুনা উদ্ধব্ য়েংনা পাউমেন্খি
“মবুঙো কায়না রারবী কপ্চরিনে বৃন্দাবন্
য়েংউনে উদ্ধব্ প্রবর মুংহোক্লবী বৃন্দাবন্
গোপ সখা কযানা বন উপবন খুদিংদা
গোবর্দ্ধনগী তময়াদা যমুনা ঐগী পুলিন্দা
লাউরি কপ্লি থিরি কদায়দনো গোপাল সখা ;
গোপী' খিবিক লোয়নবী যুথেশ্বরী রাধানা
যমুনা ঐগী পুলিন্দা হাইহৎ হাইহৎ রাম্বা
কৃষ্ণগী কোলোয়তনা থরাই ওইবী রাধিকা
থিরি কৌরি কদায়দনো শ্যাম , থরায়্গী মাধব !
থম্মোই কায়রবা কংন-থোয়রবা নন্দ বাবা
রাঙাঙ্দ খাঙলি কায়না মৈশা লাইবক্ থুত্নম্শুনা ,
মাগী হাকন্ চঙ্বদা মীমাঙ্ ফম্লবী যশোদা

কৌরি তোযনা তোযনা কৈদৌৈ লাক্কনি শ্যাম্‌ ;
পিস্নগন্নু হে উদ্ধব চৎলো থুন ব্রাজ ধাম্‌দা
নঙ্‌গী খোয়ধুম্লবা নপাউনা হরিগী পাউ তম্‌তুনা
কৃষ্ণগী মঙ্গল লৌতুনা থেম্‌জিল্লুলে মখোয় পূম্বা
অমুক থীস্থরগন্নু, চৎলু চৎলু হে উদ্ধব্‌।”
যমুনা বিদায় লৌতুনা কাইদ-কাইদ থোৌরকলে
গোকুলগী লম্বী পাংলকলে যনগী খোঙ্গুল ইল্লক্‌লে
উকুল-লক্কা থোৌরকলি বৃন্দাবনগী মায়কৈ তন্না।

## ভাণ্ডির বন, অক্ষয়বট দর্শন

থিন্দনা য়ৌরক্‌লে বৃন্দাবন্‌ ভক্ত উদ্ধব্‌
পূক্লিং হুনা ফজবী বৃন্দাবনগী শক্তম্‌না
উদ্ধব্‌ পুক্লিং ইনৌনৌ উজরে ভাণ্ডির বন্দা
অক্ষয় বট উপালদো ইথোয় নৌনা যজবা
লাইবক কৎন-থুকম্ল পোথাজরে বট্‌কী খোংদা।
ইবুঙো ইবেম্ম' অনিগী হৌধ্র' লিলা কযা'মা
পুক্লিং মিংনা উজরে ; মিৎয়েং শাংখৈনবক্‌লে,
ভাণ্ডির বন পূমনিন নিন্‌ অক্ষয়বটকী মখোঙ্‌দা
ব্রজৈই অঙাং অপূম্বা তেংথারম্মী কৃষ্ণ কৌনা
মখোয় মতৌ য়েংবদি উদ্ধব্‌ পুক্লিং সুঙোল্লি।
থোৎন নৌবা খোজেলনা মেঙ্‌ন খোয়থুম রাইৈনা
অন্না পুক্লিং থেমজিন্না তপ্না হায়রক্‌ই উদ্ধব্‌না।

ব্রাগন্নু হে ব্রজাগী অঙাংশা
কপ্পগন্নু নখোয় পূম্না
নবুঙো কৃষ্ণ কৈদৌদে ;
রাম কৃষ্ণ অনিমক।
মথুরা নগর মপুংয়াই
হয়াও তয়াম লৈহৌই।
মঙ্গল পাউসি তম্লবা
ঐহাকপু উদ্ধব্‌ কৌবা
থারক্লি নখোয়’ ফমদা।
তারো হে গোপ অঙাংশা!
উদ্ধব্‌ ঐগী ঈপাউসে
“হায়রকই শ্রীগোবিন্দনা
যুগ ধর্ম্ম ঙাক্লবা
চংলি ঐনা মথুরাদা
থবক পাঙথোক্ল তুংদা
হল্লকনি গোকুলদা
থিন্দনা য়ৌরক্লি ব্রজদা।”
ব্রাগন্নু ব্রজগী অঙাংশা
কপ্পগন্নু অমুক হন্না
শোয়দনা কৃষ্ণ হল্লক্কনি
থিন্দনা গোকুলদা য়ৌরক্কনি ॥

৬

# নন্দলায় দর্শন

ব্রজৈই অঙাং অপুম্বা থেমজিল্লমলে উদ্ধব্না
ভাগিরবন থাদোক্লে চৎলক্লে নগর তম্না
থাপ্ন-ফজর' নগরদো মিং পেম্না য়েংলক্লে
বিশ্বকর্ম্মানা শারবা ফজরবা নগরনে
নন্দ নিংথৌ কোম্নুংদি পুক্নীং হুন ফজবনি
মবুঙো লৈন' শাবনি মিংকম্ হোংবা য়াদবনি।
মনি মুক্তা থাম্নবা ফুন্না দলান্ কয়ানি
সনানা ইংঙ্গি শিংলবা চুম্ন' লম্বী পরেংনি
মরক্ মরক্ পুখ্রিনি নুর' লাইজ থল্লবা
থরো থম্বাল্ থারিক্থা থম্না শাৎল সরোবর
পাল্লবা উদ্যান্ কয়ানি অশং' নাপী কুপ্লবা
উহৈ ব্রাহৈ চুম্নবা হৈকোন্ লৈকোন্ কয়ানি
মরক্ মরক্ য়ৃংলিবা মনিগী য়ুম্বী কয়ানি
উরুবদা পুম্নমক্ উদ্ধব্ থল্লে ঙক্পনা
মিংয়েং কারন্ লানঙম্দে মিংকম্ হোংবা ঙম্জদে।
নগর য়ায়দা থৌরকলি দলাই অচু কাইদ কাইদ
থিন্দনা য়ৌরকলে নন্দ নিংথৌ স্নথোংদা
কৃষ্ণগুম্না নীংথিবা ভক্ত উদ্ধব্ উবদা
ব্রজৈ মীপুম্ থুদিংনা য়েংজৈ হন্না হন্না;
কৃষ্ণৈ মপাউ পুত্থনা উদ্ধব্ থুংলৈ তাবদা
সনা সঙ্গাইহ্নুংদগী লেঙথোরকলে নন্দ নিংথৌ

ব্রজগী ফম্নাই ফানাইবা ত্ি়ল্লে নিংথৌ সভাদা
যশোদা রোহিনী, কোন্নুংগী লৈমা অপুম্বা
লাঙ্তরুনা ঙাইয়কলে উদ্ধব্ প্রবর নীংথিবা
নন্দ নিংথৌ য়াথংনা উদ্ধব্ কাইদ চঙ্লকলে
তারাম্ তারাম্ ওক্লগা আসন্ থক্তা ফম্হল্লে
জলপান্ লাঙ্লগা অতিথিসেবা পাঙ্থোক্লে।
কৃষ্ণে মপাউ তানীংবনা লাঙ্তরুর' নন্দ নিংথৌ
মিৎস্না পিরাং ঈহৌনা নিংথৌ ওইবা হৌনশা
লৈথ্রবদা ব্লাঙাংথোক্ত' নিংথৌ য়াথং ঙাইহ্নিবা
উদ্ধব তুমিন ফমজরি নিংথেম য়াকা য়েংহুনা
চিক্প্রে সভা উন্ব্রাইমুক লৈরি পুম্বা তুমিন্না
তানীংবনা লাঙ্তরুবী ঙাইঙমদ্রবী যশোদা
নাকন্দা মায় লৈথোক্না হিক্না হিক্না কপ্লকলে
কপ্না কপ্না কৌরকলে "কদায়দনো ইমাই কাহ্নাই"।
য়েংঙমদরে যশোদা, নিংথৌ ইঙ্গিত তুইন্না
উপনন্দ কৌবনা হংজে উদ্ধব্ মকাদা

"হায়বীয়ুকো হে মহাশয়
নমিং করি কৌবগে
করি লমদগী লাকপগে
করি ব্লারম্ লৈবগে
তম্মু নিংথৌ মকাদা"
"উদ্ধব্ কৌই ঐহাক্তী

যাদব শাগৈদা পোক্পনি
কৃষ্ণগী মনাই মনাইনি
যাদব মপাউ পুরক্লি
মথুরাদৈ লাক্চরি"।
উদ্ধব্ মপাউ তাবদা
তয়াং তশোয় রাখল পুম্বা
ফাথরগা নন্দ নিংথৌ
হংলকই উদ্ধব্ মকাদা
"হায়য়ু হে উদ্ধব্ মুংশিবা
ঐগী মরুপ বসুদেব
মুঙাইনা পাল্লিদনা ?
কংসৈই কৈস্তুমশংদগী
থাদোক্লেদনা হৌজিক্তী ?
মচা অনি লোয়নমা
শোয়দনা লৈরম্নি মুঙাইনা
তম্মু মাগী মঙ্গল পাউ।
মচীন মনাও লোয়ননা
হিংচাবা কংস হাংখিবা
মুঙাইবনি ঐখোয়সু।
মরালনা মপোং ফাহনা
শিজগ্রবনি মখোয়সু
ঐখোয়বু থঙহল্লু নঙ্না
নীংশিঙ্লিবরা কৃষ্ণনা

মহাক্কী মপা মমা
বৃন্দাবন্দা লৈবা মরুপ ;
নীংশিংলিবরা মানা
মহাক্কী ষনবী ষম্নাও
মহাক্কী গোপী পুম্বা
মহাক্কী গোবৰ্দ্ধন চীং
নত্রগা কাওগ্রবরা পুম্নমক ?
লাক্থিদ্রনে মাবু অমুক ।
নীংশিংলিদো ঐখোয়দি
হিংচাবা কয়া মথুত্তৈ
মানা ঐখোয়বু কন্থিবা
যমুনাগী ঈয়াইদা
কালী লীনগী মথুত্তৈ
মানা ঐখোয়বু কন্থিবা
উমংগী লম্মৈ লক্তগী
মানা ঐখোয়বু কন্থিবা
কাংবা লৈতে ঐখোয়দি
মানা ভৌরম্বা খুদীংদো
মাগী শুম্নাংন মায়থোংদো ;
যমুনাগী তোর্ব্বান্দা
গোবৰ্দ্ধনগী তময়াদা
বৃন্দাবনগী উমংদা
পাক্লবা ষনজেংবুংদা
পৃথ্রি সরোবোর খুদিংদা

তারিবা কৃষ্ণে খোঙ্গুলে
ঙশি ফাওবা মুত্তরি
মহাক্কী রাখল্তনা
থম্মোই খুদীং থম্নরী।
রম কৃষ্ণ অনিদো
মী নত্তে লাইনিকো
শামু লীশিং তরা পাঙ্গনবা
কংস নিংথৌবু হাৎঙম্বা
কুবলয় শামু হাৎঙম্বা
গোবর্দ্ধন চীংবু চাওরবা
মাগী খুদোননা পুখিবা
মীনা লেঙবা ঙমদবা
কংসৈই লীক্লং থুদেকপা
লাইনা কির' হিংচা কয়া
ইরায় লায়না হাৎখিবা
কৃষ্ণ মানি অথোইবা
কৃষ্ণে মগুন শোনবতনা
মিংস্না পিরাংনা থল্লবা
নন্দ নিংথৌ য়াইফবা
বা ঙাঙ্বা অমুক ঙমলক্তে
হিক্ল কপ্প তুমিন লৈদ্রে।
নিংথৌ নাক্তা ফমলিবী

হিক্লা হিক্লা কপলিবী
যশোমতী রানীদি
খোল্লাং নঙ্থরকলেদো
মিংস্না তরং ঈহৌনা
মতেক ওইবা রাহৈনা
হংলক্ই তপ্না তপ্না
"হায়য়ু উদ্ধব্ মুংশিবা
কদায়দা লৈ রাম কৃষ্ণ
উদ্ধবদা মখোয় অনি
থম্মোয় কায়রে ঐখোয়দি
ঐখোয়গী বলাই কান্হাইদি
ননি য়াম্না পাম্বনি
কনানা ননি ইনবগে
মথুরাদা ননি ফংবরা ?
হায়বীয়ু কবন লৈহৌ'গে
কৈদৌঙে লাক্কদগে।
ব্রজদা লাক্লরোই হায়বরা
তম্মুনে মখোয মপাও
কান্হাই কলাই লৈত্রবদা
ঐখোয় কনা হিংবা ঙমলোই
কদাইদনো ইমাগী শ্যাম।
হিক্লা হিক্লা কপলকলে

থম্মোই কায়রবী যশোদ।
নন্দ যশোদা অনিনা
কৃষ্ণৈই রাখলদা উচলিবা
উকবদা উদ্ধবনা
কৃষ্ণে প্রেমদা লুপ্নহুনা
থম্মোই পেৎল রাহৈনা
হায়রকই তপ্পা তপ্পা
"তাবীয়ু ইমা যশোদা
তাবিয়ু নন্দ মহারাজ
তমজগে ননাহ উদ্ধবনা
হরি মগী মপাওবু
কৃষ্ণে মপাউ সুংশিবা,
মথুরা কোনুং মপুংয়াই
যাদবীগী মরান য়াই
লৈরি হরাও তযান্না
বলাই কাহ্নাই অনিমক।
বসুদেব দৈবকী
লৈরি য়াম্না নুঙাইনা
মঙ্গল পাউশি তম্নবা
নচা ইবুঙো কৃষ্ণনা
উদ্ধব ঐবু থাবকলি
অমুক রাবীরগনু।

নচা ইবুঙো কৃষ্ণনা
হায়জরকই তাবীযু
"যুগ ধর্ম্ম ঙাক্নবা
চৎচৈ নচা মথুরাদা
মন্নুরা কোন্নুং মপুংয়াই
তম থর নৈরগা
এগী থবক পাঙ্‌লগা
হল্লক্কনি ব্রজদা
যৌক্করক্কনি নকাদা।"
হবি মানা হায়রকপা
হক্কনি মাগী রা
রবীগনু নন্দ নিথৌ
নু নাংবীনু ইমা যশোদা
নখোয়নিগী থম্মোইদা
লেঙ্‌দনা লৈরি কৃষ্ণনা
গোকুল বাসি পুম্বনা
ব্রজদা উবনি, থিন্দনা
শ্যাম কাহ্নাই শকহেনবা।"
মঙ্গল পাউসি তাবদা
পেঙ্গরে নন্দ যশোদা
অহাও অথুম কয়ামা
পীজরে উদ্ধব মবুক থম্না
কৃষ্ণে মঙ্গল ওইনবা

সনা লুপা ষনবী কয়া
দান্ তৌরে ব্রাহ্মনসিংদা !
ভক্ত উদ্ধব্ লোয়ননা
নন্দ যশোদা অনিনা
কৃষ্ণগী ৱাবী তৌহুনা
লেনখি অহিং নোংশোয়বা।
নোংঙাল্লবদা উদ্ধব্না
স্নান্ দান্ লোইবতুংদা
থেনজিল্লম' নন্দ যশোদা
খুকুম লৈইপায়নহুনা
বিদায় লৌরে মতুংদা
থাদোক্রমলে নন্দালয়
উদ্ধব্ চংখ্রে গোপী মাঙ্দা
রাসমণ্ডল তমলহুনা
কৃষ্ণনাম শোন্ন শোন্না।

---

৭

## রাসমণ্ডল দর্শন-রাধিকাগী মহাভাব-রাধা স্তব।

ব্রজগী গোপী পূম্বা অয়ুক ভম্না হৌহ্না
ঘীদা লুপ্ন' বত্তিনা মঙ্গলার্তি কৎলগা
মাথন্ চৈ চিংলকলে কৃষ্ণ গুন শক্না শক্না
মাথন চৈবু নৈবদা মশা পূম্বা নোম্নবী
মখোয়গী নাইন, খুজী লীক্না মৈঙান্দা ইরং ইরং লংলী।
মুমিং থোরক্লবদা মুমিং খুদীং হৌনশা
ব্রজ গোপী পূম্বদো নন্দ নিংথৌ শঙ্গাই তম্না
লাক্লেদো থিন্দনা নন্দ যশোদা খুরুম্বা
নিংথৌগী মথোংদা সনাগী দলাই উবদা
মখোয় মশেল্ হংনখি 'কনাগী দলাইনো ?
করম্বা দলাইনো ? মথুরাদে লাকলিবরা
অমুক হন্না ফত্রবা অক্রুর কৃষ্ণবু হুখিবা ?
করম্বা ফত্রবা থৌরাং অমা পাঙ্থোকলিবা ?
কৃষ্ণ লৈত্রবদা শিরবা হকচাংনি এখোয়দি
অশিবা হকচাংদা করম্বা অরাবা পীনীঙাই
করি অমুক লৈরিবা ? অশুম্না রারী শারিডৈ
নিংথৌ শঙ্গাই মুংদগী কৃষ্ণ কোলোই শোন্না শোন্না
থোরকলে মখোয়গী মাঙ্দা কৃষ্ণ সখা উদ্ধব।

শাওং শাদা শক্তম্দা কৃষ্ণ মক্বা মাগ্নবা
ভক্ত উদ্ধব্ উবদা গোপীশিংনা খল্লখি
" কনানোনে শ্যাম সুন্দর মাল্লবা
করি লমদৈ লাক্লিবা ?" খঙ্নীংবনা ঈগ্লাঙ্ লাঙ্
কোয়শিল্লরে উদ্ধব্ ইকোম্ন কোয়না গোপীশিংনা
উদ্ধব্ লাক্পেই মরম খঙ্লবদা মথোয়না
লোথুপ লোকোই লৈতনা হংনিংবা ব্বা হংনবা
চিংলকলে মহাকপু রাস মণ্ডল তম্না চীল্লবা।
নীংখিরবী রাসমণ্ডল ঙক্না ফজ্জৈ পুক্নিং হুই
থাগী অরংবা মকোয়গুম্ অতিয়া মকোয় শক্তমনি
হৈনৌ পাম্বী কয়ানা মফম খুদিং থম্না হৌরি
লফুগী বন কয়ানা লৈতেংলি রাস মণ্ডলসি
মালিকা মালতী, যাতি যুতি, লৈগী কুঞ্জবন কয়ানি
মূল্ল' হৈরাং থল্লবা হৈপাল পরেং পরেংনি
শিরিস কুশুম্ নাগেশ্বর, বকুল কেলি কদমগী
কৃঞ্জবন মথং মথং শাগ্নফম মশীং থীঙমদে
রতিগী লৈয়ুম কয়ানি কনানা শীংথা মঙমদে
ঋতু তরুক্না থোগনবী ফজরবী রাস মণ্ডল
উদ্ধব্ পূক্নীং হুথরে ফজবনা শুম্নাংখরে।
মিংফম হোংবা য়াদনা উদ্ধব পূক্নিং মুঙাইনা
কোয়না কোয়না চংলম্মী চন্দন পাম্বী মরক্তা
লৈহাও বন্ ফাওত্নুনা চংলি পূক্নিং নোহোনা

মায়কৈ মরিদা কোয়বী গোপী লৌশীং লৌশিংনা
বনগী উচেক কয়ানি, খোইমু কয়াস্থ য়াওরি
থিরি হংলি, কৈদনো শ্যাম কাহ্নাই শকহেনবা
রাসমণ্ডল মপুংয়াই চৌক্ল' কুঞ্জবন যৌবদা
লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা হংলকলে গোপীশিনা
"ঐখোয় খঙ্ই নংসে কৃষ্ণগী য়াম্না চান্নবা'
অতুনা নঙ্বু থাবকলি বৃন্দাবনদা মহাক্না
থেনজিন্নবা মপা মমা; মচাগা মমা মপাগা
নুংশি মবী অকনবনি; সংসার থাদোক্লুবা
মুনি ঋষি যোগীশাও, কাউবা ঙমদে মমা মপা
সহবদা লৈপ্ত্র' মহাক্লী মমা মপা নত্তনা
লব্রাই ওইবা বৃন্দাবন্দা থল্লুনি কনাবু মহাকনা।
মীতোপকী নুপাশিংবু মরি মতা নত্তবা
মানা নীংশিংফম থোকপরা? নুপা ওইবা হৌনশা
মাগী অপাম্বা থুংলগা মাগী নুঙাইবা লোইরগা
মাগী চান্নবীবু হুন্দোক্পা সহরদা লৈবা মহাক্না
লব্রাই নুপী ঐখোইবু নীংশিঙ্লকপ্রনে উদ্ধব্ ?
কৃষ্ণে ব্রারী শাবদা পুক্নীং হকচাং লুপ্রবী
চাবা থকপা নীংদ্রবী থবক থনা কাওরবী
গোপী য়েংনা হায়রকই ভক্ত ওইবা উদ্ধবনা
"তাবীয়ু হে ব্রজ গোপী, থারক্লি ঐবু মাধবনা
গোপী নখোয় নফমদা মঙ্গল পাউ তম্নবা

পুবীযুনে ঐহাকপু শ্রীমতি রাধা মকাদা
ইবুঙো মপাউ নুংশিবা তমজগেনে মঙোন্দা।'
অসুম্না রারী শানা উদ্ধব লাকলি গোপীশীংগা
হৈকোন লৈকোন কুঞ্জবন কয়া লাম্থোক্ল' তুংদা
উদ্ধবনা উরে পুক্নীং হুর' আশ্রম অমা
কোকিলশিংনা খোংলি পঞ্চম শুরদা নুংশিনা
থরাই হকচাং শুন্দাংনা ঙংলি খোইমু কয়ানা
ওগ্না হুম্বা মালঙ্না লিরি খোঙ্দোই হুঞ্জরী।
লেঙ্ লেঙ্ চংপা উনাশিং রাধা কৃষ্ণ শোঞ্জবা।
চাক্ল–ফজরবা লুফু বনগী ময়ায় মক্তা
শ্রীমতিগী শঙ্গাইদো ফজরিবা কম্নাদা
উদ্ধব মিৎফম হোংঙমদে য়েংলিমথৈ পেন্নাইদে
মালঙ্ তাইবঙ্ থম্নুংদা পান্দমনিঙাই মরৈতে।
শ্রীমতীগী শঙ্গাইনি রাসমণ্ডল য়ায়দনি
বিশ্বকর্ম্মানা শেম্লবা ফজরবা আশ্রমনি
মবেম্মা লৈন্' শাবনি মনিমুক্তা থাম্বনি।
আশ্রমগী মায়কৈ মরি রাংল' চেকপন্না কোয়শিল্লি
মরক মরক লানবননি চেকশিন্না ঙাক শেনবনি
চেকপনগী মপান অকোয়বা থাঙ্গপাংনা কোয়শিল্লি।
য়েকখোংন' ফজর' সনা শঙ্গাই শ্রীমতীগী
রত্ন কয়া থাম্লবা ছীড়ী থাক্না লৈতেংই;
সনা সঙ্গাই মতোন্দা পাইরি ফিরান্ হাই হুম্না

মায়কৈ মরি লৈতেংলি মনিগী চকু পরেংনা
পুক্নিং হুর' শক্তমসে কনা শিংখা ঙমগনি
উদ্ধব প্রবর নীংথিবা ঙকপনা থম্মোই থনবনি।
মশা ফবী কল্লবী গোপী লখা লখানা
খুত্তা লীচৈ পায়তুনা মায়কৈ মরি ঙাকলিদো
মবেম্মা য়াথং নত্তনা কনা চঙ্বা ঙমদেদো।
গোপীশিংগা লোয়ননা মবেম্মা য়াথং তুংইম্না
উদ্ধব প্রবর চঙ্লকলি শ্রীমতিগী নাক তান্না।
যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র লীশিং লখানা
চহি চা লিশীং কয়া কয়া চুপনা
হোম জপ্ জপ্ তপ্ ধ্যান্ তৌদুনা' ফঙনদ্রবা
মবেম্মা দর্শন ফংজরে ভক্ত উদ্ধব।
কৃষ্ণগী ব্রাখলতনা উংলবী
কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্না কাহংলবী
ব্রজেশ্বরী রাধিকাগী অব্রাবা
থম্মোই কায়রবী রাধা উরুবা
পিরাং নর' উদ্ধব থম্মোই নুঙোল্লি
কৃষ্ণ কায়নরবা ব্রাবনা থল্লবী
কপ্না কপ্না ব্রাস্থরিবী রাধা সতী
জ্ঞান্ মাঙল্বী রাই, অমুকস্তু নোক্লী
য়েংলি খোইমুদো খুয়া থম্বাল তম্নকপা
খল্লুরে রাই খোইমুনি কৃষ্ণ পাউপূবা।
নোকমী, চিনবান কাংতক্, হায়রকই

"হে খোইমু! লৈহী চুপ্পনা থৌওইবা।
লাকলিবরা কৃষ্ণগী পাউ পূহনা
নপু ননাই মান্নজেকো ফনা।
উরে ঐদি নকোইদা তৈরিবা কুম কুন;
নবুঙো কৃষ্ণনা যশোদা মপারী
ঐবু তেনশিংলিবা লৈশাবীতুগী
থবাক্ ঙান্ফম্ নমলুবদা পক্লক্পা
লৈগী পরেংদা কৃষ্ণনা থোল্লিবা
শোকলুবদা নহাক্না খাংজেংবা
নকোইহু ইঙাঙ্ ঙাঙ্লে কুমকুমনা,
ঐঙোন্দা পাউদমগে লাকলিবা নঙ্না
থৌরাংলী নত্রা ইথোং শোকে হায়না
ঐনা ৰামাঙ্ য়াল্লিসিনি থোইরাবা
ঐবু শোকনু, ঐবু শোকনু নঙ্না
নঙ্সে থাজনিঙাই লৈত' নবুঙোগী
থাজনিঙাই লৈতবা নমাংনি।
নঙ্গী নরমচং মুন্না থঙ্ই ঐখোয়না
লৈরাং খুদিঙ্ লৈহি চুপ্না হোংনা হোংনা
লৈরাংবু লৈহি চুপ্প থম্মোই পেন্না
হুন্দোক্ল' পাইখিবা' তোপ্পা লৈরাং তম্না
মান্নজেনে নবুঙোগা ওম্নোক্না
থঙ্হল্লম্নগা ঐখোইদা কৃষ্ণনা

মাগী চিনবানগী মহাও থুমলবা
পুমথা থাদোকপীরমলে ঐখোইবু মানা
খঙ্লবনি মাগী নমথাক লোনম পুম্বা
অপঙবা খোইমূ' নঙনা খনবা শারি
ঐবু পেলহল্লগা কৃষ্ণে গুন শক্তুনা
মনা মথুম্ ফংগনি ঐঙোন্দগী
অরেম্বনি, মহূ অমুক্ খল্লুনু
ঐখোইদি হৌজিক্ কৈস্থু লৈজদ্রবীনি
যুমদগী থাপ্পা লৈরবী ঙাক্তুনি।
কৃষ্ণবু খঙ্ই ঐনা নঙোন্দে হেন্না
অর্জুন সখা কৃষ্ণ, সহরদা লৈবা
লৈখ্রে সহরদা লৈবী চান্নবী লক্রা
নুপীলক্তা লৈবা হৈনবী মাগী
মথোক কারকপীগী থম্মোইগী অপাম্বা
পীরি কৃষ্ণনা তত্তনা মথুবাদা
থাগংলুচো কৃষ্ণ মখোয়গী নাক্তা
মনা মথুম পীরক্কনি মখোয়না।
খঙবী নঙ্না লোনম্ চিবোল তৌদুনা
পেলহন্গে হোৎনরী ঐগী খোঙ্ শোক্তুনা
সিমস্থু খঙ্ই ঐনা য়াম্না মুন্না
মঙসে থাইদৈ হেন্না লোনম চাওবনা
থারকপা নুপানি লোনম হৈরবা
অতুনা চংপীখ্রে। ঐখোয়বু থাদোক্তুনা

মুপা-মুপীগীলক্তা পাউপূবা হৈরবা !
সিমদি খঙঙ্ নঙ্বু ঐনা থাজদে
নঙ্গী নবুঙো কৃষ্ণবুসু থাজদে
কৃষ্ণ মাগীদমক্তা ঐখোয় পূম্বা
থাদোকচৈ ইচা ইবা লৈজ' পূম্বা
কৈসু খঙ্বিদে মানা অদু পূম্বা
চৎখ্রে মাদি মাঙহল্লম্ব' ঐখোয় পূম্বা ।
অদুনা খল্লুরম্ন অমুক হন্না
ঐখোয়না মাবু থাজখিনি হায়না ;
মুন্না খঙলবনি কৃষ্ণগী লমচৎ
লৈঙমদে মাদি মুপী য়াওদনা
মুপীগা তিন্নবনা মাগী লমচৎনি
মথুরাদা লৈখ্রেদো হৌজিক মাদি
পচলবী লন্নাই মুপীলক্তা লৈত্রেদো
সহরগী অচৌ অশাং মুপীশিংদো
তিন্নবা ফংলমলয়োই ইন্নায় লায়না
অদুনা মহাক, ন্নারমলনি শোয়দনা ;
অদুনরা পাউপুদুনা লাকলিসি নঙনা
ঐখোয়বু অমুক মনাক্তা পুনবা।
করিগী পুনি ঐখোয়বু কৃষ্ণৈ নাক্তা
মাদি য়াম্না হৈবনি মুপী থেম্বা
বৃন্দাবন মথুরাদৈ মুপীতা নত্তে

লাইরৈবাক্কী মুপী ফাওবা মানা
থেম্বা ঙমলিবর্নি ইন্নায় হেক লায়না
করি' পাম্‌নি কৈস্থ লৈত', খোয়বু মানা।
পুকচেল চাওই হায়দাই নবুঙো কৃষ্ণ
থাগৎপদাই যোগী ঋষি ফাওবনা
মহাক্না থৌশাবীদ্রবা ঐখোয়বু
মখোঙনা নেৎথৎপীর, পূন্নকপু
কৌগদ্রা মাবু পুকচেল চাওবা
মাগী মনাই পঙলবা পাউপুবা !
নঙদি খঙলিরোই, তাস্থ তারিরোই
তৌবিমল খঙদবা, থম্মোই কনবা কৃষ্ণ
হান্নে মপোক্তস্ থম্মোই কন্না পোকপনি
অবোক পৌর্নিমাসিনা লীহুনা তাখি
ক্ষেত্রি রামচন্দ্র কৌনা পোকঙৈদা মানা
নাচুংখিদে, না, নাতোন ককপদা লায়না
মাবু পামজবী যুবতী স্থপ'নাখ:'
হাংখি অকন্‌বা বালি লৌনম তৌনা
থেংনখিদে ক্ষেত্রী ওইনা লানবা পানা
শাদানবগুম কাপখি তেন্ উরুমদৈ লোন্না;
ব্রাহ্মন বামন ওইনা পোকঙৈদা
মানা নিবপুম্বা পীরবা বলিরাজ
তৌবিমল খঙদনা নমথখি পাতালদা।
তৌবিমল খঙদবনি নবুঙো কৃষ্ণ

বৃন্দাবনদা লৈবা গোপী ঐখোয়না
পামজদরে মাগা মরুপ ওইবা।
অতুবু ঙমজদে মাগী ৱারি শারোই কৌবা
খঙ্বা ঙমদে করম লৈনি নীংশিংদনা
মাগী ৱা-মানা তৌরম্বা থবক পূম্বা কয়া,
তোক্লশি,' কৃষ্ণগী ৱা তারমুশি
তাকুরবদি মাগী থুম্ন' ৱারী
মানা য়াবিবা য়াবিদবা খন্দনা
থাদোকহল্লি ময়ুম মকৈ লৈজ' পূম্বা
চংহল্লি কোয়না কৃষ্ণবু থিবা
মীরক্' উরক্ শারক মফম পূম্বা।
মাগী মওং, মানা পাম্বা খঙ্ঙমদ্রবা
কৃষ্ণগী মরমদা ঙাংবীরম্নু অমুক ;
মাগী থুম্ল' ৱাহৈ ৱাতা ৱাঙাংনা
য়েংবদা পেন্নাইদ্রবা শক্তম্না
পূংশুম শুক্ষাৎলবা গোপী ঐখোইনি
খল্লু খল্লুরগা, মাগী ৱা তারগা
নীংশিঙ্লকনি পামলকনি হেন্না
অতুনা হে অমুবা পাউপুবা
ঙাঙ্বীরম্নু কৃষ্ণগী মরমদা
শাবীরম্নু মাগী ৱারী ঐখোয়দা।"
রাধিকানা অশুম্না ঙাঙ্লকপদা

খঙ্হৌদনা পাইথোকখ্রে খোইমুদো থাপ্না
মাগী মরম খনবদা ঙাওরবী রাধা
নুংশা থীরকলে, মশা তনিক তনিক্লে
মিৎস্না পীরাং থন্ মচিন্দা পল্লকলে
"তমলুরবদি মানা মবুঙোদা
ঐহাক্না থীনা হায়খিবা রাশিংদো
তাবদা য়াম্না রাবা তারে শ্রীকৃষ্ণ
শোয়দনা য়াম্না শাওগনি মহাক্না
করম তৌনি ঐদি করম তৌনি"
রাবনা চিনবান কংলে শ্রীমতি
কোইপাই পাইরুরগা হল্লকলে খোইমুদো
ঙংলরে অমুক রাধিকা নাক্তা'
খোইরুম মোমোন, তপ্না হায়রকই রাধা
"মানা ঐবু চানবীরি হৌজিক ফাওবা
মাগী মরমদা ঙাঙখিবা ফত্তবা রা
তম্লুরফাও, থাবিরকলি মহাক্না
খোইমুসে অমুক হন্না ইনাক্তা;
শ্রীকৃষ্ণদি ঐবু য়াম্না চানবীবনি,
চান্নরবা মরুপ! তারাম্না ওকচরি
অপান্বতা হায়য়ু, মহু পীগে ঐ
হায়য়ু নহাক লাকলিবা নত্রা অসিদা
ঐবু পুগে হায়না কৃষ্ণগী নাক্তা?

অতুবু নঙ্দি অপিকপা জিবনি
নঙ্না করম ঐবু মফমতুদা পুগনি !
মথুরাদা মাবু ফজবী মুপীশিংনা
লৈরমগনি ইকোয় কোয়শিল্লহুনা
নঙ্না করম্ ঐবু পুশিন্নি মনাক্তা।
ফরে তোকলো, পূন্নমক্ তোক্লো হৌজিক
হায়য়ু ঐ তারগে, কৃষ্ণ করম লৈরি
মাবু নীংশিংলিবরা করিগুম্বদা
মপা নন্দ নিংথৌ, মমা যশোদা
নীংশিঙ্লিবরা ঐখোয় গোপীশিংবু
কৃষ্ণবু অমুক লাকখিদ্রনে ব্রজদা ?
খোইমুম্ব পাইগ্রে চেঙথৈগুম্ নিক্লক্লে
লেপ্তুনা কপ্পনা পিরাংনা চোৎলে
মুরুম মুরুম শোল্লি কদাইদনো শ্যাম
শুন্ তরংদা য়েংলি হায়রকই তনিক
"হায়য়ুনে ললিতে কদাইদনো শ্যাম
করি ইরাল লঙ্জখিবনা শ্যাম্মা
তোল্লবীবু থাদোক্লম্বা হায়য়ুনে'
গোপী নখোয় খিবিক্লা, থিবীরুনে
পুবীরকউনে ইনাক্তা খিন্দনা
য়েংউনে ইতা মথুরা মায়কৈদা
লাকপরা শ্যামগী দলাই ব্রজ তম্মা

হিক্‌ হিক্‌ কপ্লকলে, ৱাম্থখরে ৱাধা
মহাভাবময়ী ৱাধানা হায়খিবা
কৃষ্ণবু নুংশিবৈ ৱা পুম্বা ভারবা
উদ্ধবনা উরে ৱাইগী দশমী দষা।
ভক্তগী মিত্তা' উরক্‌লে অতুংগৈ
গোলোক্‌ ধাম্‌দা বিরজা তোর্ব্বান্দা
শ্রীদামগী শাপনা ৱারবী ৱাধানা
শ্রীকৃষ্ণৈ খুয়া খাদা ৱাম্থখিবা—
মিৎস্না থস্কাল অনিদা পিরাংন থন্‌
তনিক্‌ তনিক্‌ মত্তেক মতেক্‌ ৱাহৈনা
উদ্ধব্‌ প্রবর হায়জরকই ৱাধা য়েংনা
খুরুমজ্জে স্তব তৌজ্জে শোঞ্জে ৱাধা মন্ত্র।

“হে ৱাধে বিনোদিনী
শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী
যুথেশ্বরী অথোইবী
হে মহাভাবময়ী
ৱাসকী রস ৱাসেশ্বরী
বৃন্দাবনগী মবেম্মা
নহাক্কী খুয়া খাদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা

স্তব তৌখিবী নহাক্নী
নহাক্নী রাধা সতি
সত শৃঙ্গদা লৈবীনি,
রাসকী য়ায়দা গোপীলক্তা
ঙাম্মোইরিবী রাসেশ্বরী
ভক্তিনা থন্না থম্মোইদা
নঙ্গী নখুয়া খাদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
বিরজা তোর্ব্বান্দা লৈবী
বৃন্দা সতিস্ নহাক্নী ;
বৃন্দাবন্দা লেঙ্‌দনা লৈবী
শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী
নঙ্‌নি সতি কৃষ্ণা
নহাক্নীনে শান্তা
নঙ্গী নখোঙ থম্বালদা
ভক্তি তৌনা থম্মোইদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
করি অমুক হায়গনি
নহাক্নী দেবী লক্ষ্মী
নহাক্নী দেবী সরস্বতী
নহাক নশামক্নী পদ্মা
নহাক্না আদ্যা শক্তি
নহাক্নী নরায়নী

নঙ্গী খুয়া থম্বালদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
জগত্কী মমা দেবী
সাবিত্রী শকলোন্ পুরিবী
মর্ত্ত্যলক্ষীস্থ নহাক্কী
চাওখৎপা পীরিবী নঙ্নি
নঙ্নি দেবী বিষ্ণুমায়া
পূম্নমকসে নহাক্নি
খুরুমজরি নঙ্বু ঐনা।
হে রাধে বিনোদিনী
বুদ্ধিগী মশক ওইবী
হে ত্রিপুরবু মাঙ্হনবী
জ্ঞান পীনবী নহাক্কী
নঙ্ নশামক্কী প্রকৃতি
খুদোং থিবা মাঙ্হনবী
নঙ্নী দেবী দুর্গা সতি
নঙ্গী নখোং থম্বালদা
খুরুমজরি ঐহাক্না
ভক্তি তৌনা ইকোক্ নোম্না
সত্ত্বগী মশক ওইরবী
গুন্না থল্লবী ফজবী

নঙ্ নি দক্ষ কন্যা সতি
অথোইবী লাই নীংবী
চীং নীংথৌগী মচানুপী
ঈশ্বরী পার্ব্বতীসু নঙ্ নি
নঙ্ বু খঙ্ নৈ মী পূম্'না
অপর্ না গৌরী হায়না
নথুয়াখাদা নোম্না
খুরুমজরি ঐহাক্না।
নহাক্কী দেবী নিন্দা
নঙ্ নি দয়া মহেশ্বরী
খৌবাংবসু নহাক্কী
অরাম্বসু নহাক্কী
করি লৈ নঙ্ না ওইদবা ;
স্বহাসু নহাক্কী
স্বধাসু নহাক্কী
মঙালগী মশক ওইরিবী
দয়াসু নহাক্কী
নঙ্ নি শ্রদ্ধা মুক্তি পীনবী
তুষ্টি পুষ্টি লজ্জা ধৃতি
পুম্নমক নঙ্ নি ভগবতী
মহাক্কী চরন খাদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
পূম্নমক্কী মমা ওইবী

থৌজানবীয় বিনোদিনি
নঙ্গী নখোং থম্বালদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
হৌগৎলো হে রাধা সতি
অরেম্বদা ৱাক্লনু
চানবীহুনা তাবীয়ু
মনাই ঐগী ইপাওসে।
শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা
মনাই ওইবা ঐহাক্না
মঙ্গল পাউ পুহুনা
থাপ্ল' মথুরা লমদমদৈ
ইবেম্মাগী নকাদা
ননাই উদ্ধব্ লাকচরি
তাবীয়ু ইপাও ননাইগী
খুরুমজরি নখোং থাদা।”

---

* রাধা স্তব অসি ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানদগীনি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানদা হায়রি “উদ্ধব্না থিথিবা “স্তোত্র” অসিবু পারবা হরি মন্দিরদা চংলবা অরা অনা কোক্কনি মরূপ চপাং কায়নরোই মচা লন মুপী ফংগনি মুর্খস্যু পণ্ডিত” ওইগনি-

৮

# মথুরা পূরী দর্শন - কংসবধ

উদ্ধব্কী স্তব তারবদা রাধিকা
জ্ঞান্ লাকলে, হৌগৎলে, ফমজে খুৎশৌনা
ৱারবী থম্মোই শোক্লবী রাধিকা
প্যাউহংজে উদ্ধব্ য়েংনা তপ্না তপ্না।
পিরাংনা চোৎলবী মায়থোং থম্বালনি
তনিক্ তনিক্ মতেক ৎইবা ৱাহংনি
"হায়য়ু হায়য়ু মহাশয় নমিং করি ?
হায়যূ হায়য়ু করি লমদগী লাকলি
কনানা থারবপনোনে নহাকপু
কনাগী পাউ পুহ্না লাকপা নঙ্বু
য়েংবদা কৃষ্ণ মনাই ভক্ত মাল্লিদো
অশেংবা হায়রু নহাকপূ কনানো ?"
"অচুম্বনি দেবী ! কৃষ্ণে মনাইনী
ননাই ঐনি, উদ্ধব্ কৌই ইমিংদি
ক্ষেত্রী মচানি, যাদব শাগৈনি ঐ
শ্রীগোবিন্দনা থারকপনি ঐসি
শ্রীকৃষ্ণ মপাউ পূহ্না লাকপনি
মথুরাদগী লাকচবনি ঐদি।"
"হায়বীয়ু হায়বীরু হে ভক্ত উদ্ধব্

"ৱারম্ পূম্বা শন্দোক্না হায়য়ু শেংনা
কদাইদা লৈবগে, ঐগী থৱাইগী
মনি কৃষ্ণদো, হায়বীয়ু হে উদ্ধব্
ঐগী থৱাইগী থৱাই শ্যাম্ শক্হেনবা
করম হায়না লৈবগে কনাগীদা
হায়যু বলরাম্না হৌজিক কৈদা লৈ ?
অক্রূরনা দলাই থৌরকপা মতম্দা"
থামজথিদো গোপী ঐথোয় খিবিক্না
দলাই চাকা শম্না য়েংবা লৈবাক্তা ওন্না
লেঙ্খি'নু মাধব হন্না হন্না থামজথি
ইবুঙেনা হয়রম্মী "ৱাগন্নু রাধে
কংস নিংথৌ মমা: ইবুঙোগী
ধনুর্যজ্ঞ য়াওকথিগে রাধে"
হাযবীবম্মী "নঙ্বু থাদোকলোই রাধে
খঙ্লে কৃষ্ণ অমুক লাক্লরোই ব্রজদা
ফঙ্লরোই মাই মায়থোং থাজ উজবা
মায়থোং লৈদা লুক্ হিক্ক হিক্ক কপলে
গোপীপূম্বা কপ্লক্লে লোয়মনা রাই।
"হা কৃষ্ণ কদাইদা লৈবগে নঙ্বু
মপোকসিগী উবা ফংলম্লোইদ্রা নঙ্বু।"
মথুং অনি লোম্নে হঙ্গচে উদ্ধব্
"তাবিয়ু তাবিয়ু, রাই বিনোদিনী

শ্রীকৃষ্ণগী থরায়দগী হেন্নবী
তাবিযু ননাই উদ্ধব্কী পাউ অসি
"কৃষ্ণ বলরাম,যাদবীগী মরানয়াই
লৈরি মথুরা কোম্নুংদা নুঙাইনা।
মঙ্গল পাউসি তম্লবা, ইবুঙোনা
থারক্লি উদ্ধব্ ঐবু বৃন্দাবন্দা।"
উদ্ধব্ মপাউ তাবদা হংজে ললিতা
"হায়বীযু, তম্বীয়ু ভক্ত অথোইবা
শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোয়ননা
মথুরাদা করি করি তৌখিবা
তম্বীযুনে মিৎনা উবা অদুতা
তাজগে ঐথোয় ডাইজরি লাঙ্তরুনা।"
উদ্ধব্ য়েংনা হায়জরকই বিশাখা
"ঐথোইবু হন্দোক্লমলে ইবুঙোনা
লেংখ্রে অক্রুরগী দলাই তোংলদুনা
যাখিদ্রে গোপী ঐথোয়না থামজবা
শাংগ মচা মশু অমা লৈত্রবা
মচাগী প্রেম মশুগী প্রেম খঙদ্রবা
অক্রুর হায়বদুনা পুকচেল ফত্রবা
য়াবিখিনরে ঐথোয়না হায়জবা
লৈজহৌরে ঐথোয়না কপ্পা কপ্পা
তানিঙ্বনা লাঙ্তরুরে থম্মোইদা

তম্বীয়ূ উদ্ধব্ কংসৈ ধনুর্যজ্ঞদা
করম লাকখি, করি তৌথি মাধবনা।"
গোপীশিংগী মা তারবদা উদ্ধব্
হঙ্গচৈ ব্রজগোপীশিং মকাদা
"তাবিয়ু তাবিয়ূ রাই বিনোদীনী
তাবীয়ূ হে গোপী পূম্বা ব্রজগী
কংস নিংথৌ য়াথং ইন্না অক্রুরনা
রাম কৃষ্ণ পুরতুনা থিন্দনা
দলাই থৌরকলে বৃন্দাবনদগী
য়ৌবকলে মথুরা নগর মপূংয়াই।
অযুক্তগী মথুরাবাসি' পূম্বা
লেপ্লতুনা সরক্ কাগুপ্ থম্না
লীক্লেং লৈরেংবগুম লেংলতুনা
ঙাইরম্মী মবুঙো দর্শন তৌনবা।
নাত্রা কৃষ্ণ পূতনাবু হাৎখিবা
নোংলৈ শক্রম তৃনাবর্ত্ত মাঙ্হনবা
যমলার্জ্জন উজাও অনি থুদেকখিবা
বকাস্থর কেশী প্রলম্বা হাৎখিবা
হুপুর' কালীয় লিনবু তাম্থোকপা
কংস মনাই ধেনু কাস্থর হাৎখিবা
খুদোম্ন: গোর্ব্বর্দ্ধনবু থাঙ্গক্তুনা
ব্রজগী মী পূম্নমকপু কনখিবা

লাইনিংথৌ সোরারেন মায়থী' পিখিবা
গোপী থম্মোই শুম্মাংপা বাসি পায়বা
কংসগী য়েক্লবা কংসনা কিবা
কৃষ্ণ লেঙ্‌শিল্লকই মথুরা তম্না।
কামবু ঙমজ' মরোল অহুম শুম্মাংপা
থা কোটি ঙমজা' মায়থোং থা উজবা
মথুরাদা পোক্লী' লৈরি অপূম্বা
ধন্যনি, পোকপগী মহৈয় য়াঙ্গরে
ভক্ত ওইবা কয়াদি হরাওজরে।
থম্নখি মীয়াম' করি থোক্লগবা,
কংস নিংথৌরেনদি মরৌ চাওরবা
অথোইবনি পাপীশিংগী মরক্তা
খঙ্‌দ্রে, খঙ্‌দরে করি থোক্লগবা
হিংখিদ্রনে মচিন মনাও অনিসি?
সাধু ওইবা কয়াদি হরাওজরি
থীল্লরোই পাপীখিবিক লানবীরনি।
লোইরবনি যুগ পাপী কংসগী।
নগর য়েংন য়েংন লাকৃলি রাম কৃষ্ণ
অক্রুরনা থৌরি দলাই তপ্না তপ্না
পুক্লিং হুন ফজে মথুরা পুরী
অরাংপা লৈত্রবা কংসগী নগরনি
মিংফম হোংবা য়াদে য়েংখি মায়কৈদা

ফুরা দলান্ মনি মুক্তা থাম্লবা
হিরা মনি রত্নগী চফু কয়া
শীংথা ঙমদে ফুরা থক্তা লৈতেংবা
পরেং পরেং সনাগী যুম্বী কয়া
সনানা ঈংগ্রি শিংন্ল' লম্বীথক্তা
য়েংলু য়েংলু' মিৎফম হোংবা য়াদবা
হায়বীয়ু লৈরমগনি করিললমদা
মথুরা পুরীগুম নীংথি ফজবা।
ঙচাঙ্ অপক্ অশং, ফিরান কয়া পাইরি
মন্দির মত্তোন থুদীংমক্তা নগরগী
মরক নরক হৈকোন লৈকোন ফজবা
মরাক মযুং মাম্ল' মযুংনা ওম্বা
কোইরপ কোয়বা পুখ্রি সরোবর কয়া
লুরবা লাইজনা থন্বা কয়ানি
থবো থম্বাল থম্ন শাৎল' কয়ানি
মকম চান হৈকোন লৈকোন মরক্তা
পূরুীং হুনা ফজরি নীংথিজরি
মতিক চাউবা কংসনা চাউনা ফম্না
পাল্লিবা মথুরা নগর মপুংয়াই
চঙ্লক্লি রাম কৃষ্ণ নিঙায়দনা
চিংনদনা, অকি অথং লৈতনা।।

মথুরা কোন্নুং নক্‌শিল্লক্লবদা
শ্রীকৃষ্ণনা উথি লম্বী ময়ায়দা
কুবজা লৈরাংবী হন্নুবী নম্বোনবী
ময়াঙ্‌ কংলবী, খুইরবী, থীরবী
খুত্তা চৈশু পায় চংলি ব্বানা তপ্পা,
সনাই পাত্রদা লৈ-চন্দন্‌ পুতুনা
কংস নিংথৌ কোন্নুং তম্না তপ্পা তপ্পা
শোঞ্জরি মথম্তা মুরুম্‌ মুরুম্‌
"কদাইদনো মাধব থব্বাইগী মবুঙো
ইকদা লৈবগে নঙ্‌বু প্রান্‌ কৃষ্ণ।"
উকরে মাধব ইথঙ্‌ খঙ্‌হৌদনা,
মদনবু ঙমজবা মায়থোং উবদা
শুঙ্ক্ষংগ্রে কুবজা য়েংজে মিৎ পেন্না
থুকমজখি ভক্তিগা লোয়ননা
য়েংনা য়েংনা চঙ্‌শিল্লক্লে ইবুঙো নাক্তা
হুক্রুরে লৈগী পরেং শ্যাম্‌গী ঙক্তা
তৈরুরে চন্দন্‌ শ্যাম্‌গী মশা মক্তা
য়েং ওইননা হন্না হন্না কোয়তুনা
চন্দন্‌ থোগন্‌-তৌজে থুরুম্‌জে হন্না
পেনবীরবা ভগবান্না য়েংলক্লে
মনাক তাম্না ইবুঙো লেঙ্‌শিল্লক্লে
মাংবক্কী থুং' নিনা কুবজা চুবা পায়

শ্রীচরন্না কুহজা খোঙ্দা নেৎ
খঙ্ডীং চিংখৎপী কোন্খৎপী মাধবনা,
মবুঙো থৌজান্ ফংলবী লাইবক্ ফবী
শকথীবী নম্বোন্বী ওইখরে ফজবী
হন্নুবী খুইরবী ওইখরে নৌরবী
মুনা ব্রাউরবা কুচুদো মাঙ্খরে
যুদোংল' সনাগী কুচু ওইখরে।
ঙক্না ফজরবী থম্বাল্ মিত্তানা
য়েংজখি নিংচি ফল্লপ্ ফল্লপ্ কৃষ্ণনা
হায়জখি নুংশি লোথর খোঞ্জেলনা
"ননাইবু চানবীয়ু হে দয়ানন্দ"
মাধবনা হায়খি "থুংঙো নঙ্না নীংবা।"
ফংলবদা মবুঙোগী থৌজাল
মরম মায়কৈ পাংখরে কুবজা।
শ্রীকৃষ্ণনা বলরাম্গা লোয়ননা
কংস নিংথৌ কোন্নুং য়ৌরক্লবদা
দলাইদগী কুমথরে মচিন্ মনাও
তোয়না হংই "যজ্ঞশালা কৈদনো?"
চাওকান্ চাওকান্ লাবা খোঙ্কাপ তোয়রক্লে
যজ্ঞশালা তনভ্রনা লেঙ্শিল্লক্লে।
লম্বী য়াইদা ভগবান্না উখিদো
ফন্না চংলি পোঙ্লবা ধোবী অমা

নিংথৌগী খোবীনি নাপন্ চাউরবা
চংলি কংস নিংথৌ সঙ্গাই তম্না
পূরক্লুনা কিবোন্ কয়া ফজরবা
নাপল্না ময়াই কারি মবুক্নুংদা
মাবু কৌথি হরি কৃষ্ণ চন্দ্রনা
নোল্লিক্পা ব্রাহৈনা নিখি কি অমা
"তারো হে নিংথৌগী [illegible]
ঐসে ব্রজগী গোপা[illegible]
য়েংবদা যাইজনে [illegible]গী [illegible]
ফি অমত্তুংদ পীনৌঙ ঐ[illegible]
লেন্নকুগেনে হৌমান্নবশিংদা।"
কৃষ্ণ রা মনানা [illegible]দে পে[illegible]না
হায়রকই অথি ব্রাহ্মে নাপল্ তৌনা
"গোপীগী চান্নবা। পড়্লেদা নড়্সে
কিশিংসে—মতিক্ চাদে নঙ্না শেংপা
নঙ্গুম্বা মনশেননবা শেংন' নত্তে :
মনশেন্নহা চংলু মন্থুন শেন্নচো
কিবু নিংথৌ নিংথৌ মচানা শেংনবা
মনশেন্নহা নঙ্না করম্ পাম্লিবা।"
"হায়বীগম্লু হে খোবী পূক্ফব'
ফি অমা পীথুনা ওইয়ু লাইবক্ফবা
ঐডোন্দা পীবনা ওইনি, নীংথুংজবা,

নিংথোবেনগী ধোবীনি নঙ্দি ব্রাত্তবা
পীনৌ ভমত্তা ফিসে ফজবা
হায়রুগে পীরক্পনি পূকফদনা
য়েংহল্লুগে, লেম্নরুগে মখোয়দা।”
“গোপীগী চান্নবা! ওক্ত’ মিৎয়াম্বা
নমায় পান্দেকো নঙসে লমহেন্বা
ইকাই খঙদেকো নঙসে লমকেৎপা,
ব্রারক্পীন’ লৈতবা লমকেৎ লমহায় লৈফম্
লৈরুচো নিংথৌ পান্দ’ বৃন্দানদা
মাঙহল্লুচো গোপগী হুপী পূম্বা।
নঙসে হুপীদা য়াম্না ওক্তবনি
মীগী হুপীদা কারাম্ চাওবা নঙনি
কংসে কোম্নুংদা’ নঙবু কনা’ কিবিনি।
ঐখোইগী কংস নিংথৌ অকন্বনি
দণ্ডি পীওম্বনি ফত্ত’ মী পূম্বা
শোয়দনা ফংনি দণ্ডি মতিক্ চাবা।
চেঞ্জহৌরো নথরাই পূহনা থুনা
লোৎচরুচো নঙনা পাএজবী নম্বোন্বী
কুব্জা হন্নুবী লৈরাংবী য়ুমদা।”
ধোবীগী য়াক্ল’ মীচৈ তারবদা
ব্রাঙাঙদা মোমোন্ নোক্লা শ্রীকৃষ্ণ
চঙশিল্লকুলে ধোবী নাক্তা থিন্দনা

থাথি ধোবীগী মায়্দা খুপাক্না শেং
খুংথা'মদা ধোবী যম্ লৈবাক্ পাংথরে।
তাবীয়ু হে ব্রজগী গোপী খিবিক্
তাবীয়ু রাধে ননাইনা তমজবা
নবুঙো হরি শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা
ময়াম্বুং বলরাম্গা লোয়ননা
চাওকান্ চাওকান্ কান্দুনা থুনা য়াঙ্না
চঙ্শিন্ত্রে কংসৈ যজ্ঞশালা মুংদা
যজ্ঞ ঙাক্পা কংসৈ মনাই পাঙ্গন্বা
লীরুং শঙ্বা অকল্ অথৌ তম্থিবা
খুদক্তা হাংলে রাম কৃষ্ণ অনিনা
তাংথক্ নাইদ লেঙ্শিল্লকলে লীরুংনাক্তা
শঙ্কর মহাদেবগী হরধনু
মথুরা মপুনা পূজা তৌরিবা
মশক্ য়েংবদা মিপাইবা পোক্লবা
লীরুংদো মনাক্ নক্পা ঙম্নদবা
থাঙ্গৎপদি হায়্রুমু মীওইবনা
লেঙ্ঙম্দবা পৃথিবীগী অকনু' কনানা
কংসগী যজ্ঞ শালাদা থম্লিবা
চাউরবা লীরুং থাঙ্গৎলে খুৎ ওইনা
অহাঙ্বদা লীরী হাপ্লগা য়েংনা
লীরী খিঙ্লকলে ঠং ঠং শ্রীহরিনা

লিংলবা লীরুংগী লীরী খিঙ্বদা
মথুরা সহর নীঙ্গা হো মিপাইনৈ ;
কংস নিংথৌ মিপাইদো, কৈদনো,
কদায়দনো, হংবনি করিনো ?
তৌনীংবতা ভৌঙম্বা, থিংঙমদ্রবা
ইবুঙো হরি শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা
হন্না হন্না লীরুং লীরী খিঙ্দুনা
থুদেক্লে হরগী লীরুং চাউরবা
লিংলবা লীরুং তেক্পগী মখোল্না
পাল্লবা মথুরা নগর থক্ থক্ নিক্
ফুরা কয়া দলান্ কয়া কিস্থেদো
সিংহাসন্দগী ওস্থে কংস নিংথৌ
য়েশিন্থি মনা পাপী তাপী থিবিক্
লীরুং ঙাক্পা পাপী কংসে চোর কয়া
কৃষ্ণ বলরাম্ অনিগী মথুত্তা
প্রান্ থরাই থাদুনা বৈকুন্থ তন্না
মালঙ্ খোঙ্নোই হুন্থিদো থুনা য়াঙ্না
পাপী কয়া'মা, মায়কৈ তরা ফাংহুনা
চেন্থিদো মিহুন্ চেন্গুম চেন্গানা ;
ভক্ত ওইবা পুন্য চেন্বা মখোয়্না
ফংঙমদ্র মবুঙো দর্শন্ ফংদুনা
শাথি হরাও জগোই যজ্ঞ শঙ্ নিন্না ,

খঙ্‌জখিদো পাপ্‌কী রাজ্য লোইরক্‌লে
উজখিদো কংস মমি ছাম্‌লক্‌লে
খঙ্‌জখি লেঙ্‌থবিরক্‌লে ভগবান্‌
কোক্লনি মালেম্‌গী লুম্বা থিন্দনা।
তাবায়্‌ হে গোপী নখোয়্‌, খিবিক্‌না
তাবীয়্‌ রাধে উদ্ধব্‌না তম্‌জবা
ইবুঙোনা মথুরাদা তৌথিবা,
যজ্ঞ থুগাইরে যজ্ঞ শঙ্‌ থুদেন্‌লে
হরি কৃষ্ণ চন্দ্রনা লেঙ্‌থোরক্‌লে
ময়াম্বুং দাউজী লোয়ননা লেপ্তুনা
মীথুংশঙ্‌ মায়কৈ পাংলক্‌লে অনিমক্‌
হুমিদাংবাইরম্‌ তাঙ্গানি পুমচীক্‌ চীক্‌খ্রে
নগরগী লম্বী পুম্বা মী চংখিদ্রে,
যজ্ঞ শঙ্‌গী পাউ, হরিনা তৌথিবা
লম্মৈগুম্‌ শন্দোকখি মায়কৈ পুম্বা
চেকশিন্‌ থৌরাং লৌথংখি কংস নিংথৌ
রাতানখি, লৌথংখি লমনশিংন' থৌ
লাওথোক্‌খি শগোল্‌ পাউজেন্‌—"হয়েং হবুক্‌
মল্ল থেংন কুম্মৈনি রঙ্গ মঙ্কদা
মথুরা প্রজা, অপুম্বা তিন্‌দোনি।
শোয়ফদে, শোয়ফদে নিংথৌগী য়াথংনি"

মথংগী মুমিং অঙনবা অয়ুক্কে
মথুরা প্রজা পুম্বা নিংথৌ য়াথংদে
চংলি মরী মরী রঙ্গ মঞ্চ তম্না;
থিন্দনা রঙ্গ মঞ্চ চোল্লে মীনা।
য়েরি, খোংলি, করতাল, কংসি মোইবুং বিনা
ধাক ধোল দুন্দুভি দমরু য়েদুনা
তৌদ্রি বাসি পেরে সিঙ্গা খোংদুনা
অকল্ অথৌ থৌগল্ লাঙ্গল্ লোয়ননা
মথুরা মপু কংস নিংথৌ পাঙ্গন্বা
কোয়্শিন্দুনা মল্লশিংনা কন্থৌরবা
লেঙ্থোরক্লে রঙ্গ মঞ্চ তমদুনা
সভা য়ায়্দা ৱাংল' মঞ্চ শেমদুনা
মঞ্চথক্তা লৈখি কংস খুংলাই পায়্না
শেম্ শানা লৈখি থোল্লদৌ ঙাইদুনা
খুংলাই পায়্বা লাগ্নীনা পল্লোন্ নাইনা
নিংথৌগী কল্ল মল্ল লাগ্নীশিংনা
নিংথৌবু ঙাক্লি পল্লোন্ পল্লোন্ কোয়না
মাঙ্দা খিল্লি চোঙ্ শেকপীন্ কয়ানা
তুংদা থাল্লি স্বরূপা পে মনাই 'মনা
কাঙ্হায়্ চামর্ থৌগল্লি অচান্বনা
নাকন্দা থৌগল্ হুকচাং শেন্বা পাঙ্গন্বা

লৈরি মিকুপ্‌ নাহমশিংনা অপুম্বা ।
চেক্‌শিন্না ভাকৃলি কংসৈ রঙ্গ মঞ্চ
শামুরক্তা অখোইবা কুবলয়
ভাক্লী সনখোং, ভাকৃলি মথুরা নিংথৌ
মমাঙগী অহিংদা মথুরা মপু
মঙ্‌শেল্লখি কংস ফত্তবা মঙ্‌না,
মঙ্‌দা উখি-মুমিং থানা লৈমায়দা
থীর' শক্তম্‌ চংলি কাতু কারল্‌ মাঙ্‌দা
গাধা খোংই, হুই লম্‌হুই ষন্‌ কাক কপই
উং মপৈ, অকংবা শীং, শরু উই
ফত্তবা মঙ্‌ অমঙ্গল্‌নি, খঙ্‌হুনা
রানীশিংনা কপ্‌চখি হিক্ক - হিক্কা
ব্রাহ্মন্‌ কৌহুনা স্বস্তি বাচন্‌ তৌখি
কংসৈ মঙ্গল্‌গীদমক যজ্ঞ তৌখি
অহুবু খোক্লরে অমঙ্গল মথং মথং —
খোক্লকৃলি থংন-থংন মথং মথং —
খোঙ্কেল্‌ ভাবদা হরধনু ভেক্‌পগী
ওন্থখি কংস নিংথৌ সিংহাসনদগী
মিপাইর' কংস লৈখি-শেম-শাহুনা
অস্তিপ্রাপ্তী শোন্‌খি শিব-নাম ।
অকনবা নিংথৌ য়াথংনি অরোন্‌বা
"থাকৃলোইদবনি অফংবা উপায়্‌ পুম্বা

হাৎননবা নিংথৌগী য়েক্লবা কৃষ্ণ
থিংগদৌনি রাম্‌ কৃষ্ণ থেংথাঙ্‌ থেংথাঙ্‌
নৈহৎতৌনি—কল্ল' চাউর' শামুনা
মল্ল শাম্নবা ওইনা কল্লব মল্লনা
হাৎকদবনি রাম্‌ কৃষ্ণ পুন্না ”।
অঙনবদা হৌগৎলে রাম্‌ কৃষ্ণ
ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা, হন্নাও-তয়াম্‌
খোঙ্‌শাল্লক্লে ক্‌সৈ রঙ্গ মঞ্চ ভন্না।
তাংথক নাইদনা লাকলিবা রাম কৃষ্ণ
য়ৌরক্লে কংসৈ রঙ্গ মঞ্চ স্নথোং।
স্নথোং থিংলি কুবলয় শামুনা
কল্ল' চাউব' শানি য়াম্না শাথিবা
মাহুত্‌ কৌহুনা হায়্‌খি শ্রীকৃষ্ণনা
“তাউ নিংথৌগী মনাই শামুগী মাহুত্‌
ঐখোয়্‌ চঙ্গে মঞ্চদা থৈদোকউ শামু”।
কৃষ্ণগী ৱা মনানা তাদে মাহুত্‌
ফন্না ঙংনা হায়রকই কৃষ্ণ য়েংনা-
“করম্‌ চঙ্‌নি নিংথৌ য়াথং নত্তনা”
হায়্‌রু 'ঙোন্দঃ নখোয়্‌ কনা কনানো ?”
মাহুত য়েংনা হায়রকই ইবুঙোনা –
“নিংথৌরেন্‌গী মমাক্‌নি রাম কৃষ্ণ
মামা ইবুঙোনা কৌহুনা লাকলি

ঐখোয় অনি, থাপ্লবা গোকুলদগী,
শামু অসি থৈদোকউ - লম্বী থারো
থীল্লে ঐখোয় চঙলগে মামৈ নাক্তা
ঐখোয়গী লম্বী থিংলবা নহাক্না
নঙগা শামুগা য়ৌগনি যমালয়। ”
শাউবনা মমিৎ ঈ, কারবা মাহুত্
কৃষ্ণ য়েংনা লাউরক্ই য়াক্ল খোল্না
“ নহাক ওইরে কৃষ্ণ লমকেৎ লমহাইবা
গোপীগী মকম্বী, কংসৈ য়েক্লবা
নঙ্বু হাৎল' ঙাক্লগে সনা য়াথং।”
শামু কাতি থাহ্না থৌজিল্লক্ই
কুবলয় কৃষ্ণ তম্না নেংথাইহন্গে—
মনাতোন্ থাঙ্গত্তুনা খেক্লা ঙংনা
কৃষ্ণ তম্না চোংশিল্লি চাওর শামু।
শামু ময়াদা পায়্হুনা হবিনা
থুত্তুম্না থাই মনাকোংগা পাম্লনা
শাওরবা শামু নেংথরকই মখোঙ্না,
শামু মথাদা চেনশিন্থি হরিনা
অরেম্বদা কাওথি লৈবাক্তা কম্না ।
কৃষ্ণ উদ্রবদা শামু কোয়য়েং য়েংলি
খেক্লা খেক্লা ঙংনা খোংনা থিরি
কদায়্দা লৈব্রে লৌনমচাওর' য়েক্লবা

অমুক্‌ লেপ্লরে হরি শামু মাঙ্‌দা
য়েক্ল' ফার' খোঙ্‌দা হাইহৎ হাৎকে থন্না
লাম্‌লি হরি কুবলয় নাত্তোন্না -
খুৎলৈ থুর' শ্রীকৃষ্ণ শামু নাত্তোল্‌
তাপ্‌ ফা, খংজিং চিংই শামু কন্না,
তুরকলে শামু উপ্‌থুননা মাঙ্‌দা
কির' শামু খোংই অকি' খোঙ্গেলনা—
শামু থক্তগী ওস্থরকলে, মাহুত্‌
থাঙ্‌ শৎল হোৎচিল্লকৃই কৃষ্ণ তন্না
হরিনা কাওখি খোঙ্‌পাক্লা লৌথি মথরাই;
শাল্লপোৎ শামু শাল্লগুম অঙাংনা
ঙাইহাক্তং শায়রগা শ্রীকৃষ্ণনা
কুবলয়গী উপথুননা তুরিবা
ময়া মরি খুৎ অনিনা তাপ্‌ পার্‌
শামুগী লাইবক্তা খোঙ্‌না কাওহনা
ঈথেংগা লোয়ননা শৎলে ময়া মরী;
শৎলবা ময়া খুৎনা পায়্‌ শ্রীহরি
থাখি শামুগী লেন্ক্‌দা "হনুতম্‌"
মুক্তং থাবদা শামু লেন্ক্‌ কায়্‌
কি খোঙ্গেল্‌ লোয়ননা শামু থরাই থায়্‌
পাক্তক্লা কুবলয় হাৎথরে
ৈংথৌ থম্মোই তানিক্‌ তানিকৃলে ।

রাম-কৃষ্ণ চঙ্শিল্লক্লে কাঙ্জৈবুংদা ।
কংসগী য়াথংনা কল্ল' মল্ চান্নুর
হায়রক্ই কৃষ্ণ বলরাম্ য়েংহ্নুনা —
" তাও হে কৃষ্ণ বলরাম্ নখোয়্ অনি
নিংথৌনা মল্ য়েংনীংই নখোয়্গী;
নখোয়্ ষন্শেন্নহাশিং মল্ শান্নে তায়
লৈবাক্ নিংথৌগী য়াথং ইনবা তাই
ঙসিদি, ঐখোয়গা মল্ল থেংনসি
থোরক্উ রঙ্গ মঞ্চদা নখোয়্ অনি" ।
চান্নুর মরা তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা
মোমোন্ নোক্লা হায়রক্ই মল্ য়েংহ্নুনা
" ভোজ নিংথৌ মনাইও, জঙ্গল্দা লৈবা
নখোয়্গী নথৌনি নিংথৌবু পেলহন্বা
ঐখোয়্দি অঙাংনি—নখোয়্ কল্লবা
মল্গা করম্না পাগনি লান্বা ?
চহি মান্ন মান্ন' পাঙ্গল্ মান্নবা
মতিক চায়্ থল্লি লান্বা পানবা ;
নঙ্গুম্বা কল্ল' মল্গা লান্বা পাবা
ধর্ম্ম থোক্তে ভাবক্না য়ারোইদা" ।
কৃষ্ণে রা তাবদা হায়রক্ই চান্নুর —
" তাও হে কৃষ্ণ ! নঙ্বু থঙ্ই ঐখোয়্না
নঙ্সে অঙাংস্থ নত্তে অহল্স্থ নত্তে

নঙ্গা নয়াম্বা বলরাম্ নখোয়্নিমক্
কৈরিবনি মীগী থম্মোই থুদিংমক' ।
শাম্ থুদীং মায়থীবা পীবা ওম্বা
কুবলয় শামু শাথীনা কল্লবা
নঙ্না হাৎলেদো অঙক্পা মওংদা
থঙ্লে নপাঙ্গল্ নথৌনা ঊবদা
হেন্না কল্ল' মল্শিং ওমনি থেংনবা
থেংনসি মল্ নহাক্না ঐহাক্না „
নয়াম্বা রাম থেংনসন্নু মুস্তিক্কা ।
কৃষ্ণ বলরাম্না চন্নুর মুস্তিক্কা
থেংনরে মল্ কন্না রঙ্গ মঞ্চদা ;
লাম্বা চাদে ঙাঙ্নৈ ভাবক্না তোয়্না
রাম্ কৃষ্ণ অঙাংনি হায়্নৈ মথোয়্না
নুংশা থীনৈ, কিনৈ মথোয় অপুম্বা
নুংশা থীরক্লবদা ভাবক্ পুন্সা
থরাই রাবক্লবদা গোপ পুম্বা
অমুক থীন্থবা তৌদ্রে রাম কৃষ্ণ
নম্থীনা কল্ল' চান্নুর মল্ থবাক্তা
থারক্ই শ্রীকৃষ্ণ কল্ল থুক্তুম্না;
লৈবাক্তা তুরে চান্নুর ঈথেংনা
কৃষ্ণে থুক্তা মথ্রাই থারে থীদনা ।

বাম্না হাংথ্রে মুস্তিক্‌ তরাই তরাইনা ।
কংস নিংগৌ য়াথংনা মল্‌ পূম্বা
শাউহ্না হোংচিংকলে কৃষ্ণ তন্না
হৌরক্‌লে অকন্‌বা অকিবা লাপ্পাও অনা;
অমগী মথংদা অনা মল্‌ পূম্বা
প্রান থরাই মাঙ্‌লক্‌লে রাম কৃষ্ণ মথুত্তা—
তোংচিল্লক্‌ই কল্ল' কুট মল্‌ মাঙ্‌জিন্‌থা
অকন্‌বা লান্‌ পাখি বলরামগা
বাম্না থুত্না থাই, কুট্‌ থরাই থায় ।
শল্ল কৌবা থীগ্রবা অকন্‌বা মল্‌
হোংচিল্লকলে হরি কৃষ্ণ তম্‌হ্না
হরিনা খোঙ্‌পাক্লা কাও' হাংলি শল্ল
হোংচিল্লক্‌ই লান্দা হৈশিংল' তোৎমল—
মখোঙ্‌ অনি তাপ্‌ পায়্‌ লংখি কৃষ্ণনা
মল্‌দো তোৎমল কৌবা কংস মঞ্চ তন্না ।
মথুরাদা লৈবা মল্‌ মকোক্‌ পূম্বা
মথরাই থাথ্রে ঙম্না রাম্‌-কৃষ্ণ থুত্তা
অঙাং অনি লাম্বা কনা লৈত্রে
লেমহৌরিবা মল্‌পূম্বা কায়্‌হ্না চেনথ্রে—
শামু শাজংতা রাম্‌-কৃষ্ণ মুঙাইনা
চঙ্‌লক্‌লি কংস নিংথৌ মঞ্চ তন্না—

শাউরবা কংস য়াথংলক্‌ই ঙংনা
লাউরক্‌ই থাঙ্‌থুমদৈ থাঙ্‌ শংনা শংনা
"লাম্মী পুম্বা চোংশিন্নু - হাংলু রাম্‌ কৃষ্ণ
পুল্লু হাংলু গোপ নন্দ যশোদা
থাগ্রো যমালয়দা উগ্রসেন্‌ নিংথৌ
অমুক্‌ থমলুন্নু দৈবকী বসুদেব"।
তারবদা কংস য়াথং লাউরক্‌পা
হোৎচিন্‌গ্রে কংসৈ লাম্মী মরক্‌ ফাওনা
চোংথংগ্রে কৃষ্ণ কংসৈ মঞ্চ থক্তা।
থা কোটি ভমজ' কৃষ্ণ মায়থোং উবা
শুক্ষংলি মুপী নহা অহল্‌ পুম্বা।
খুংশু থাঙ্‌লেন্‌পায়্‌ মায়কৈশুনা যেংলিবা
কংসনা উরি কৃষ্ণ মাগী যম্‌ ওইবা
নিঙাইদনা চঙ্‌শিল্লক্‌লি কংস্‌ তম্না
কংসনা উখি কৃষ্ণগী কৃষ্ণতম্না;
য়েংলু মায়কৈ পুম্বা থল্লে কৃষ্ণতনা
কৃষ্ণনি থম্না শুন্দা য়াল্লি থাঙ্‌না
মিংন - কুপ্লদা হরি কৃষ্ণ চন্দ্রনা
মঞ্চদগী চিংথখরে কংসদো
মীয়াম্‌ মাঙ্‌দা হাংথরে মথুরা নিংথৌ।
কংসৈ' অশিবা মশা মথোঙ্‌ পায়না
কৃষ্ণনা চিংই রঙ্গ মঞ্চ থুংনা

খঙ্লে মথুরা প্রজা-শিরে কংস ।
কৃষ্ণ তম্না হোৎচিল্লকৃপা লাম্নী পুর্ম্না
লুচিংলকৃপা কংসৈ মনাও নিপান্ য়াওনা
ভম্না হাৎখরে দাউজী বলরাম্না
লেম্হৌবা পাপী চঙ্জরে মঙোন্দা
মথুরা প্রজা থুরুমজৈ কৃষ্ণদা ।
লান্ভম্নবা বলাই কাহ্নাই অনিনা
উগ্রসেন্দা শিন্নরে মথুরা ।
লেঙ্খোরক্লে কংসৈ কারাগার তম্না
শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোয়ননা
চঙ্শিন্খরে কংসৈ কৈগুমশঙ্মুংদা
থাদোক্লরে য়োংহ্লীং ফলাং থদত্নুনা
মমা ইবেম্মা দৈবকী লোয়্ননা
মপা ইবুঙো বসুদেব অনিমক্
থুরুমজরে মপা মমা অনিমক্ ।
খোরক্লে থিন্দনা কৈগুম্শঙ্ দগী
থেম্জিল্লম্লে কপ্লিবী অস্তি প্রাপ্তী
কংসগী তালোই—মথুরাগী রানী ।
লেঙ্খোরক্লে মচিন্ মনাও থিন্দনা
উনগে হায়না মথুরা বাসিপুম্না
মবুঙো দর্শনগীদমক লাক্লিবা ।
কংসগী কৈগুম্ শঙ্গী মাঙ্মক্ন্দা

লম্বীয়ায়্‌দা উরক্‌লে শ্রীকৃষ্ণনা
মীয়াম্‌ মাঙ্‌জিন্‌ থারক্‌পী ফজবী
লৈয়াঙবী কুবজা সতি শক্‌হেন্‌বী ।
কৃষ্ণতবু নীংজবনা ভক্তি লৈনা
মচুং মপাল্‌ কৃষ্ণ মত্তা উজবী
কুবজা শক্‌হেন্‌বী কোয়ুংগী লৈরাংবী
পুরহনা লৈগী পরেং লাক্‌চখি
য়া কোয়ুং তয়া য়ুমিদাংবাইরম্‌দা ।
য়ুমিদাংবাইরম্‌ য়ুমিৎকী মেঙ্‌ল' মঙাল্‌দা
ফুদোংলবা য়াগুম্বে কুচুনি
লাইবক্তা সিন্দুরগী বিন্দু নম্‌লবী
ঙক্‌শম্‌দা মনিগী পরেং শিরিবী
খোঙ্‌দা নোপুরগী য়ুংশির খোঞ্জেলনি
য়াগী খাংগোই রত্নগী পাম্বোম্‌ ফাবী
নাদা হিরাগী কুন্দোনাইন্‌ ফজবী-
লুরবা ফজর' ফিজোন্‌ শেৎলবী
তয়াল্‌গুম্‌ ঙাঙ্‌ল' লেক্‌-লেক্‌ লাউবী চিন্বান্‌
শরতকী থাগুম্‌ ফজরবা মায়থোং
ঙক্লা ফজরবী থম্বাল্‌ মিত্তা
পুক্লীং হুরবা কফোইগুম্বী য়াতা
হাইফেৎ হাইনোক্তা য়ুপা কয়া ৱাম্বী
মতুম্‌ তারবী থাবোম্‌ চাউরবী নীংহু

নাল্লবী লক্ন নেত্রা মাল্লবী ফৈরু
ফিত্তুপ্‌ অছুম্‌ থোক্‌পী পুক্তা কুৎল' থোয়্‌দো
শাম্ন থোৎন্‌বদা য়াম্না হৈশিংল্‌বী
অন্নাৎপা লৈতনা ফজবী কুবজা
শ্রীকৃষ্ণদা থুরুম্‌জে ভক্তি ভৌনা
মাগী থুত্তগী লৈপরেং অপূম্বা
ছুক্‌চখি ভগবান্‌ কৃষ্ণ ওকৃশম্‌দা
য়েংজখি মিৎচিনা ফল্লপ্‌ ফল্লপ্‌ কৃষ্ণদা
হায়জখি মুংশি লোথরবা থোঞ্জেল্‌না
" ননাইবু চান্‌বীয়ু হে দয়াময়্‌
চান্‌বীয়ু চান্‌বীয়ু হে থৌজাল্‌ মপু
অহিং অমত্তং ওইরবস্থ ননাইবু
চান্‌বীয়ু থম্মোইগী মুংশিথোইরবা "
কোকহন্‌বীয়ু মুজাগী থম্মোই মৈচাক্‌
দয়াময়্‌ কৃষ্ণনা পেন্‌বীরে চান্‌বীরে
কোন্‌থৎপীর' মাবু নাপ্‌চিল্লা হায়খি
" মিত্তা ফজবী নঙ্‌গী মৈচাক্লা চাক্‌লে
হৌগৎলো নীংথিবী কৃষ্ণবু চান্‌বীয়ো
উৎপীরে ইঙ্গিতনা ফংগনি সেবা" ।
মবুঙো থৌজাল ফংল্‌বী কুবজা
ফিজি ফিনা লোইশিন্‌ চৎলকৃলে
কায়্‌দ কায়্‌দ, ভাব্‌না থন্‌ মোমোন্‌ নোক্লা

অপাম্ মুংশি ইরাং ঈনোং কারবী
কুবজা নীংথিবী মাগী তুংইল্লকুলী
মুংশিরবা মবুঙোগী নোপুর খোঞ্জেল্—
পৈরপ্ য়েং হুম্না তোয়্না, খোইরুম্ তৌনা
ফজবী—মিংস্না থম্বাল্ তথরুবী
থাংদনা থাংবী খোংথাং কাইদ - কাইদা
য়োখরে দেবী থিন্দনা মরান্য়াই ।
লক্ষ্মীগী মবুঙো লেঙ্শিন্দৌরিবনি
অরাং-অপা লৈত পাম্লি' পূম' ফংদৌনি
লৈরাংবীগী শেগাইরবা থাংপোক্কো
ওইখরে চাউরবা স্নাগী দলান্ ।
মনাই—মশল্ ব্রাত্তে থাউমৈ পরেং থাল্লি
পুক্লীং হুর' রত্ন থাম্ল' মিংশেলনি
লৈরি কুবজাগী রত্ন শয্যা নাক্তা;
ফজবী কুবুজা নীংশিংলি থম্মোইদা কৃষ্ণগী মায়খোং
মখোং সেবা তৌরি মনাই মুপী কয়া
কনানা হুম্লি চামর তপ্পা.তপ্পা
নীংজ' কল্লবী কুবজা লৈরাংবী
মনুং মপাল্ কৃষ্ণ মক্তা উজখি ।
অহিংগী অহান্বা য়ুথক্তা কৃষ্ণ
লেঙ্শিল্লকুলে লোয়ন্না মনাই উদ্ধব্
কুবজা লৈরাংবীগী মরান্ য়ায়দা
ইবুঙোনা উথি-কা থুদীংহূদা

মুপা ওইববু অপাম্‌ মিগৌহন্‌বা
ইরাঙ্‌ চুরবা থম্মোই ঈথক্‌ হৌহন্‌বা
মথল্‌ কয়াগী' মুর্ত্তি কয়া লৈরী
মথল্‌ মথল্‌গী; লাই কয়া থেংলি
মুংশির' খোইথুম্ন' লৈনম হার' কাদা
লেঙ্‌শিল্লকলি ইবুঙোনা উদ্ধব্‌কা;
ব্রাশক্‌ ঙাক্ল' কৃষ্ণ লাক্‌পা উবদা
ফমুং থক্তে হৌগংচরে কুবজা
লোয়ননা মনাইমুপী কয়াম্মুক্কা
তারাম্‌ তারাম্‌ ওক্‌চরে মাধব্‌ উদ্ধব্‌
থাজরগা মতিক্‌ চারবা ফিদা
খুরুমজৈ কুবজা মবুঙো কৃষ্ণ
চরন্‌ থম্বাল শেংজৈ লুয়' লাইজনা
উদ্ধব্‌মু ফমই লৈবাক্তা মখোয় নাক্তা
ব্রারী ব্রাতাই কয়া শাই মখোয়্‌ পুম্বা ।
মতম্‌ অমুক্‌ মাঙ্‌হন্দনা ইবুঙো
লেঙ্‌শিল্লি লৈরাংবীগী শয্যা থক্তা ।
অমুক্‌ ঈরু মায়্‌থজরে কুবজা
তৈজরে মশাপুম্বা চন্দমা
অশেংবা তরুবা ফিজেং লৈতেংজৈ
শিরে লৈগী খুজি লৈগী কজেংলৈ
মাধব্‌ পেম্ন' ওক্‌শম্‌দা লৈ পরেং

ফিজেৎ লৈতেংহ্না মবুঙো মাঙ্দা
লেপ্চৈ ইকাইনা খোয়রুম্ মোমোন্ তৌনা
য়েংজে মিংচিনা ফল্লপ্ ফল্লপ্ মাধব —
য়েংলগা মুংশিনা হায়রকৃই কৃষ্ণ —;
“মিত্তা ফজবী নঙ্গী মৈচাক্লা চাকলে
চঙ্লকউ নীংথিবী কৃষ্ণবু চান্‌বীরো
য়াতা ফজবী মোমোন্ নোক্লা শুস্নৎলো
খোয়্থুম্ন’ য়াঙাংনা শুস্নৎলো ঐবু—
তীংদা য়াঙ্দা শাঙ্গুং শাদা ফজবী
পেল্হল্লরো-পেল্হল্লো কৃষ্ণ ঐবু
চঙ্লকউ লাউ চান্নবী চান্‌বীরো ঐবু”।
খোয়রুম্ মোমোন্ ইকাই ইকাই লেপলিবী
কৃষ্ণ নাক্তা য়োৎজনীং লাঙ্তরুবী
হেক্ চঙ্বদি ওমৃত্রবী ইকাইথিবী
কুবজা থুজি নাচি শিরিবী
মথুং পায়্না চিংশিল্লি মাধব্না
মাবু চেজেং কোন্‌বীরে শ্রীকৃষ্ণনা
কুবজা চঙশিঞ্জ ইবুঙো নাক্তা
শ্রীকৃষ্ণৈ চরন্ থাজচৈ থাবোমথক্তা
অপাম্ মুংশি ঈরাং ঈনোং কারবী
লৈরাংবীবু হম্না হম্না চুপ্পীরে
মওং মথল্ কয়া থোক্লা শান্নরে।

হায়্ নিঙ্‌াই লৈতনা মুংশিথোইরবা
মবুঙো চরম্না হেক শোক্‌পমক্তদা
নীংবা পুম্বা থুংজরেদো লৈরাংবী —
তুজুং হরাও-খোয়রুম্ মোমোন্ হায়জখি
"পেন্‌ত্রি পেঙ্গত্রি-থাদোক্‌পা ঙম্জরোই
নখোং থম্বাল্, মুংশিথোইরবা মাধব্
লেঙ্‌বীথিগম্নু ননাইগী নাক্তগী—
ফংজখিগে সেবা মতম্ থরদংগা"।
থেমজিল্ল' কুবজা মুংশি রাহৈনা
লেঙ্‌খরে কৃষ্ণ উদ্ধব্‌কা লোয়্‌ননা
মুক্তি ফংজখি লৈরাংবী কুবজা"।

---

## [৯]

## মহাভাব ময়ী রাধা

তারবদা উদ্ধব্ মপাও নীংথিবা
তম্নবদা রাম্-কৃষ্ণনা তৌথিবা
ললিতা-বিশাখা সখি অনিনা
উদ্ধব্ মকাদা হংখি লাঙ্‌তক্লনা —

হায়য়ু হায়বীয়ু হে ভক্ত অথোইবা
কয়াম্‌ ফজগে কুবজা হায়্‌বীদো
মাধবকী পুক্কিং চিংশিন্‌বা ওম্বীদো
ফজবী কুবজা পাম্‌জবা শ্যাম্না
রাসেশ্বরীদে ফজ' কয়াম্‌ হেন্না
হায়্‌বীয়ু তম্বীয়ু ভক্ত অথোইবা" ।
"তাবিয়ু হে ব্রজগী গোপী পুম্বা
ননাই উদ্ধব্‌কী ৱারম্‌সে অমুক্তা
দয়াময় ওইবা ভগবান্‌ কৃষ্ণনি
মনাইনা নীংজবা থুংহন্‌বতনি ।
হায়নৈ - নহান্‌মুক্কী মপোক্তা কুবজা
পোকৃখি স্পর্ণাখা কৌনা ত্রেতাদা
ওইগে নীংজখি রাম্‌বু মপুন্নোইবা
দ্বাপুরদা থুংহল্লি কৃষ্ণে মপোক্তা;
ইবেম্মে মনাইগী মনাই কুবজা
মানা করম্‌' লাম্বা পানি রাধিকা —
প্রদোষকালদা রাধা কায়ন মৈচাক্পা
ঙাওর' মাধবনা ননাইবু থারকৃলি
তমল্লুচো হায়না ইবুঙোগী মৈচাক্‌" ।
তারবদা উদ্ধব্‌কী সিগুম্বা ৱা
কপ্পা কপ্পা হায়্‌জরকৃই রাধিকা —
"হে উদ্ধব্‌ ! অম্নাবগী ৱাবু ঐনা

করম্‌ লীশিগে নঙোন্দা, ঐখোয়না
কৃষ্ণ য়াওদনা লেপ্পরী ব্রজদা—
অহিং মুংথিল্‌ যমুনাগী মপান্দা
তপ্লবা মুংশিং তপ্পা তপ্পা শিংলি
মতম্‌ পূম্নমক্তা কোকিল্‌না খোংলি
কেলি কদম্‌ মখোঙ্‌ হাম্নগুম্‌ লৈরি
রাস মন্দল্‌দা রত্নগী থাওমৈ থাল্লি।
মশক্‌ ফজরবী মখোক্‌ কারকৃপী
গোপী পূম্বা, পূম্নমক্‌ লোইনা লৈরি,
শাম্নফম্‌ পুখ্রি; লৈগী লৈকোল্‌ পূম্বা
হাম্নগুম্‌ অতুম্‌ লৈরি ঙসি ফাওবা
থরাইগী মপু কৃষ্ণতনি লৈত্রিবা—
কৈদনো থরাইগী মবুঙো কৃষ্ণ
কদাইদা লৈগ্রবগে থরাইগী শ্যাম্‌"!
রাহৈশিংসি হায়না হায়না রাধিকা
হিক্‌ হিক্‌ কপ্‌লে রাম্মথরে শ্রীমতি—
সখিশিংনা কোন্‌খৎচরে শ্রীমতী—
হিপ্‌থহল্লে ঈংল' মোল্ল' ফমূং থক্তা
চামর থৌগল্‌ তৌজরে তপ্পা তপ্পা
শোল্লি কৃষ্ণ কোলোয় রাধা নাপ্পদা;
কৃষ্ণ মন্ত্র তারবদা রাধিকা
জ্ঞান্‌ লাকৃলে মিং পাঙ্‌লক্‌লে নীংথিরবী

রাধিকা য়েংনা হঙ্গচ্চে উদ্ধবনা—
“ হে বিনোদিনী থঙ্জরে হৌজিক্তী
নহাক্ অসে প্রকৃতি ঈশ্বরীনি
শ্রীদামগী শাপ্না গোলুক্পু থাহ্না
খোঙ্দাবিরক্ থিবনি মালেম্সিদা
নঙ্নি কৃষ্ণে থবাক্তা ঙাম্থোইরিবী
কৃষ্ণনা নঙ্গী থরাইদে হেন্বনি
নশামক্তা কৃষ্ণে থবাইদে হেন্বনি
অরেম্বদা বাবা তোক্পীরো রাধে
তাবীয়ু ননাই উদ্ধব্না তমজবা
নবুঙো কৃষ্ণগী মঙ্গল্ পাউ অসে্
ইবুঙোনা হায়্রক্ই তাবীয়ু রাধে—
“ প্রান্ রাধে, চান্নবী, থরাইগী মবেম্মা
মতম্ পূম্নমক্তা, মফম্ পূম্বদা
ওইথোক্তবনি নঙ্গা ঐগা কায়্নবা,
তারো ঐগী চান্নবী গোপী পূম্বা
ওইররোই নখোয়্গা ঐগা থাপ্ন্বা
লৈরিবনি ঐদি মফম্ পূম্বদা—
যুগ ধর্ম্ম পাঙ্থোক্নবা ঐহাক্না
য়াম্নুং দাউজী বলারাম্গা লোয়্ন্না
লৈখিনি মতম্ থর মথুরাদা
অফবা থবক্ পাঙ্থোক্নবা তুংদা

গোকুল্‌দা অমুক্‌ লাক্কনি শোয়্‌দনা"—
তাবিরেদনা রাধে ব্রজেশ্বরী
খঙ্‌বীরেদনা গোপী নখোয়্‌ পুম্বা
শ্রীকৃষ্ণগী পাও উদ্ধব্‌না পুজরক্‌পা
বৃন্দাবন্দা লেঙ্‌লক্কনি রাসেশ্বর
থিন্দনা উরনি কৃষ্ণ মাইথোং থম্বাল্‌
থাঙ্‌ঙম্‌দনা ব্রাবা থাদোক্‌পীরো সতি
থোন্‌বীয়ু নঙ্‌না ফজরবা ফিরোন্‌
তৈবীয়ু আল্‌তা চরন্‌ অনিমক্তা
নম্বীয়ু সিন্দুরগী বিন্দু লাইবক্তা
তৈবীয়ু হক্‌চাংদা কস্তুরী চন্দন্‌
ঙক্‌শম্‌দা শিবীয়ু মালতী পরেং
থাদোক্‌পীয়ু দেবী অব্রাবা পুম্বা
লেঙ্‌শিন্‌বীয়ু নঙ্‌না রত্ন সিংহাসন্দা
নীংশীংবীয়ু নবুঙো কৃষ্ণচন্দ্র
পুক্নীং চেংপীয়ু কৃষ্ণগী ব্রাখল্‌দা
থাদোক্‌পীরো মোংল্‌বা লৈমায়্‌ অসে
চেপ্পীরো নঙ্‌গী রত্নগী কাংথোন্দা
হুমাই হুম্বীনি নঙ্‌গী সথিশিংনা
নোইবীগনি নখোঙ্‌ থম্বাল্‌ মখোয়্‌না
থাদোক্‌পীরো দেবী অব্রাবা পুম্বা
শেম্‌ শাবীরো কৃষ্ণবু ওক্লনবা" ।

ৱারম্ পূন্বসি হঙ্গচৈ উদ্ধব্না
ভক্তি তৌহূনা থুরূম্জৈ ৱাধিকাদা ।
উদ্ধব্ মপাউ তাৱবদা ৱাধিকা
থাদোক্লে দেবী অৱাবা পূন্বা
হায়্রক্ই সতি চীং লেম্ন খোঞ্জেন্না—
" হুণ্ডাইৱে উদ্ধব্ - কৃষ্ণৈ মপাউ তাবদা
সে নঙোন্দা পীৱবনি লৈজ' খৱ" ।
মথং মথং দান্ তৌৱক্লে উদ্ধব্তা
ৱত্নগী খুদোপ্ বিশ্বকর্ম্মানা শাবা
ফজববা কুণ্ডল্ নাইন্ অমা
নীংথিব' ফিজোন্ মনি' খাম্ন' গাড়ী
স্নাগী থন্বাল্ মনি মুক্তা পৱেং
বত্নগী মিংশেল্ জপ্ মালা অমা
ৱাধিকা হৱাওনা পীৱে উদ্ধব্তা
হাওৱ' থুম্ন' অচা অথক্ কয়া'মা
মবুক্ পেন্না পীজ' পীথক্ল' তুংদা
মথল্ মথা অয়াম্বা বৱ দান্ তৌৱে ।
ৱাধিকা ঈশ্বৱী ফিজেৎ লৈতেংলে
ঙক্শম্দা থোল্লে গজমুক্তা পৱেং
লাইবক্তা সিন্দুৱগী বিন্দু নম্লে
হক্চাং পূন্বা কস্তুৱী চন্দন্ তৈৱে
শ্রীমতি লেঙ্থংলে সিংহাসন্ থক্তা ।

চান্নবীশিংনা ফম্‌লে অকোয়্‌বদা
চামর থোগন্‌ তৌজে পূক্নীং মকা লান্না
মরোল্‌ অহুম্‌ শুদ্ধৎপী প্রেম্‌ময়ী
শ্রীকৃষ্ণগী থবাইগী থবাই ওইবী
রাধাগী ফংঙমদ্রবা শক্তম্‌ উজবা
লাইবক্‌ ফৈ ভক্ত উদ্ধব্‌ য়াইফ-থোইবা
পোক্‌পগী মহে য়াল্লে উদ্ধব্‌ প্রবর ।
খোয়রুম মোমোন্‌ নোক্‌ হংলক্‌ই রাধিকা
খোযথুম্বা রাহৈনা উদ্ধব্‌ মকাদা
" উদ্ধব্‌ ! রাশক্তুনা হায়রু ঐঙোন্দা
কৈদৌঙৈ অমুক্‌ লাক্কনি বৃন্দাবন্দা
রাধাগী পবাই মবুঙো শ্রীহরি;
থাদোক্‌উ লৌনম্বা পূম্বা ইফম্‌দা
কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়্‌য়ু অসিতা
কৈসু লৈতে কিনিঙাই ঐগী ইফম্‌দা
চিংন্‌দনা হায়্‌য়ু অচুম্বা রাহুতা
সত্যগা মান্নবা অথোইবা ধর্ম্ম
লৈতবনি মরোল্‌ অহুম্‌ক্তা
থাদোক্তুনা অকিবা পূম্বা পুক্নীংদা
হায়্‌য়ু হায়্‌য়ু অচুম্বা রা ঐঙোন্দা ।
শ্রীমতীগী রা তারবদা উদ্ধব্‌
হায়জরক্‌ই মোমোন্‌ নোক্না হুংশিনা

“হে ব্রজবী নীংথিবী তম্জগে ঐনা
অচুমবা ব্রাহ্নতা ঐনা খঙ্জবা;
লাক্খিনি হরি বৃন্দাবন্দা অমুক্
উবিনি নঙ্না মাগী মায়্থোং থাজ
করিগী থাজবিক্রিবনো ঐবু—
চৎচরগে বিদায়্ পীন্বীরো ঐবু
মথুরা পুরীদা চৎলগা ঐনা
তম্লুনি নহাক্কী ব্রাসে ঐহাক্না
থারক্কনি ঐনা নঙ্গী হরিবু
ব্রাবীনু রাধে থাজবীয়ু ঐবু ।
উদ্ধব্কী ব্রা তারবদা রাধিকা
হায়্রক্ই ব্রাসেশ্বরী তপ্না তপ্না—
“চৎলো চৎলো মথুরাদা ভক্ত উদ্ধব্
হরিগী মনাক্তা চৎল্গা নঙ্না
তম্বীরু মঙোন্দা ঐগী ব্রা পুংস্বা
কায়নবৈ’ ব্রাবা ঙমদ্রে অমুক্ খাঙ্বা
নঙ্দি ঐগী ইচাগুম্বনি হে উদ্ধব্
থিন্দনা হায়্বীরু মাধব্ মকাদা
কৃষ্ণ লৈত্রবা বৃন্দাবন্ অসিদি
য়েংথিবা মায়্কৈ পুস্বা অমম্বনি
অহিং স্নুংথিল্ খেম্নদ্রে রাধাদদি;
তমাল্বু উরে কদম্বু য়েংলুরে

মিৎনা লৈহ্নুনা য়েংখিবা মায়্কৈদা
হা কৃষ্ণ কৃষ্ণতনি ঐনা উজবা
খোইমুনা ঙংবদা কোকিল্ খোংবদা
তাজবনি মুরুলী খোঞ্জেল্, তমা
খল্লু খল্লুর' নিঙম্ক্রে ঐদি
হরিদা ঐনা কয়া মতিক্ শাউখিবা
মাধব্তা ঐনা কয়া ওইনখিবা
খল্লু খল্লুর' চাক্লে ঐগী থম্মোই
ওৎলরেনে হন্না হন্না পুক্লীংদা
খঙ্লুদ্রে ঐদি জগত্কী মপুনি
জগত্ শেম্বীবা অথোইবা ঈশ্বরনি
যোগী ঋষিনা ফংঙম্দ্রবা মানি,
মায়ানা কূপ্প' ঐনা খঙ্জখিদে
শাউহ্নুনা ঐনা মঙোন্দা লঙ্জগ্রে
নীংশিংলুর' হেন্না নীংঙম্মক্করে
পঙ্লবী ঐনা মঙোন্দা কয়া লান্গ্রে—
করিগী অস্সুক্ ব্রায়োবগে মাধব !
মপোক্ মপোক্কী ননাইনি ঐহাক্কী
তোল্লবী ঐনা ধ্যান্ তৌজে শ্রীচরন্
লেপ্তুনা খজ্ঞে থব্রাইগী মবুঙো—
হায়্য়ু উদ্ধব্' মুক্ কৈদৌঙৈ লাক্কনি
ঐগী থব্রাইগী থব্রাই কৃষ্ণ অদো. —

কৈদৌঙৈ ফংনি—মায়্থোং থাজ উবা
মাগা লোয়্ননা উনবা লাইবক্ ফবা
নুমিত্তো কৈদৌঙৈ অমুক্ লাক্কনি
কয়াম্ কুইনা ঙাইখিনি কদম্ খণ্ডিদা
চীক্ল' যমুনা মপান্ চন্দন্ লৈকোন্দা
মালতী কেতকীবন্ কুশুম্ সরোবর
শ্রীকুণ্ড নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দা
পুক্নীং তুজুং হরাউনা থব্রাইগী শ্যাম্
কৈদৌঙৈ উনবা ফংনি - হা কৃষ্ণ—
থব্রাইগী মপু নঙ্ কৈদৌঙৈ অমুক্
উবা ফংগদগে হে থব্রাই' কৃষ্ণ" ।
হায়্না হায়্না অব্রাবনা থম্না রাধা
ৱাস্থতুনা তাখরে লৈমায় থক্তা ।
উরুবদা সিগুম্বা রাধাগী ভাব
ঙক্পনা থল্লবা ভক্ত উদ্ধব্না
লৈশি লৈথোঞ্জরক্ই রাধা য়েংনা ।
★ " কৃষ্ণ কণ্ঠ হেমমনি
থৌজাল্গী মশক্ ওইবী
খুরুম্জরি নথোঙ্খাদা ।
হে ভুবন্ মোহিনী
লেঙ্খৎপীয়ু প্রেম্ময়ী ।
হে মহাভাব স্বরুপীনি!

আনন্দ দায়ীনি
নঙ্ গী নখোঙ্ না শোক্পদা
শেংলে মালেম্সে ।
নঙ্ গী নপাম্না গোপী পূম্বা
ঙম্না ওইরে লাইবক্ফবী
নঙ্ গী নমিং শোম্নে ভক্তশিংনা
নঙ্ গী মিংচৎ শন্দোক্লি বেদনা
হে সন্তাপ্ হারিনী
নঙ্ নি পবিত্রকারিনী
খঙ্ জরে হৌজিক্ নহাক্সি
কৃষ্ণ প্রানাধিকানি
লিলাগী মরম্গী থবায় অমত্তনা
হকচাং অনি থোক্থিবনি
লেঙ্ খৎপীয়ু রাসেশ্বরী
তাবীয়ু ননাইনা হায়্জরী
শোয়্দনা অমুক্ উবিগনি নঙ্ না
নহাক্কী থবায়গী থবায় শ্রীকৃষ্ণ
থুরুম্জৈ উদ্ধব্ রাধা খুয়াথাদা ।

---

★ উদ্ধব্ কী স্তব ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরানদগীনি

[১০]

## কৃষ্ণদা লুপচবী গোপীশিংগী রাখল

কৃষ্ণে রাখল্না উংলবী রাধানা
লৈমাইথক্তা রাম্থখিবা উবদা
পিরাংনা থল্লবী ললিতা সখিনা
হঙ্গচ্চে মবেম্মা য়েংনা হিক্না কপ্না—
"প্রান্-রাধে করি মতো কৌবগে
করিগী নীংশিংলি লোৌনম্চাওবা শ্যাম্
নঙ্গী কৃষ্ণদি নিংথৌ মচা নত্তে
গোপবেশ থোন্বা গোপমচাহুনি
মথুরাদা লৈবা নিংথৌগী মচা
কুবজা লৈরাংবীগী চাম্ন থোইবা
করিগী নীংশিংলি মহাকপু নঙ্না
মাগী মক্তা করি, রাহল্লি আম্না ।
মুপী লোয়্নদনা লৈবা ঙমদ্রবা
লোৌনম্চাওবা কৃষ্ণ হায়্বা শকৃহেন্বা
সহরগী ফজবীলক্তা মুঙাইনা
লৈগ্রবা মহাক্নী, করম্না মানা
নীংশিংলম্নি লম্নাইনুপী ঐথোয়্বু,
হায়্য়ু উদ্ধব্ ! করিগুম কান্দা মানা

নীংশিংবিরক্‌পরনে ঐথোয়্‌সিবু ।
কান্নদে লেঙ্‌খৎলো ব্রজেই মবেম্মা
খন্‌বীরুরম্নু মাবু লৌনম্‌ চাওবা" ।
বিশাখা সখি' হায়্‌রক্‌ই মিৎশুরক্লা
" তাবীয়ু হে বৃষভানু নন্দিনী
ওইরে নঙ্‌সে য়াম্না ইকায়্‌ খঙদবী
মাঙ্‌হল্লে নঙ্‌না মুপী পুম্বে ইজ্জৎ
কৃষ্ণদি নঙ্‌গী নত্তে; তাউনে রাধে
কৃষ্ণেদমক্‌ করিগী অম্বুক ৱারি ?
শাগৈগী চৎনবী ৱাংমা লাম্না
নহাক্লা পাম্‌জকই কৃষ্ণ সনাতন্‌
হায়য়ু মহাক, হৌজিক্‌ কৈদা চৎখরে ?
মথুরাদা ফজবী কুবজা নাক্তা ।
য়েক্লবা পুম্বা হাৎঙম্বা কৃষ্ণনি
ঐখোয় তারে কংসে লৈবাক্‌ জয় তৌগ্রে
কনা খঙ্‌নি নিংথোগী মচান্নুপী'মা
লুহোংহ্না লৈরম্বা য়াই মুঙাইনা
লৈগ্রে মাদি শাগৈলক্কা মুঙাইনা
করম্‌ লাক্লীংনি বৃন্দাবন্‌লৱায়দা;
থাদোকলো রাই, য়েক্ল ওইর' গোবিন্দ
থাম্‌জিল্লু অমুক্তা নঙ্‌গী মিৎকী পি
অমুক্তং কন্‌জো নশা নথম্ববু

লেঙ্‌খৎলো হে রাধে ব্রজে মবেম্মা ॥
হায়জে পদ্মাবতী মবেম্মা য়েংনা
" তাবীয়ু রাধে বৃন্দাবন্‌ মবেম্মা
বৃন্দাবন্দা, কৃষ্ণ অমুক্‌ লাক্‌খিনি
খল্লুবা মরম্‌ চাদে অরান্‌বনি;
কায়্‌নবৈ ৱাবা থাঙ্‌বা হৈনবনা
হেম্না ফরবনি ঐখোয় পূম্বা;
নন্দগী মচা হৈশিংবা লৌনম্বা
করিগী নীংশিঙ্‌লি মাবু অরেম্বদা
শাগৈগী মৌনি কাউহল্লি নঙ্‌বু মানা
অতুগা মাদি মথুরাদা লৈগ্রে
মহাক্তি বৃন্দাবন্‌বু পূমকাউ কাউগ্রে ।
লৈরি মাদি - মুঙাইনা কুবজা' নাক্তা
নঙ্‌না ৱাজরি গোকুল্‌গী ময়ায়দা
মাগী মরম্‌গী নঙ্‌না থৱায় থার ফাও
নঙ্‌গী গোবিন্দ লাক্লরোই কদোম্নুংদা
লেঙ্‌খৎলো সতি লেঙ্‌খৎলো ইবেম্মা" ।
জ্ঞান্‌ লাকখিদরে ইবেম্মা রাধিকা
থৱাই ৱাঙ্গে, খম্নজে গোপী পূম্বা
কৃষ্ণ কোলোই নত্ত' হিংলরোই রাধা ।
শাউনা হায় চন্দ্রমুখি পদ্মা য়েংনা
" সখি পদ্মাবতী নঙ্‌সে পঙ্‌থ্রেদা

করিগী কৃষ্ণবু নিন্দা তৌরিবা ?
রাধাগী নাক্তা কৃষ্ণ নিন্দা তৌবা
কনা লৈ নঙ্‌গুন্না বুদ্ধি লৈতবা।
অরা-মুঙাই—তৌজ কর্ম্ম মহয়নি
প্রকৃতিদৈ থোইরবী রাধা সতি
লাইবক্ ফবনা কৃষ্ণবু ফংজখি
কায়্নবনা রাবনি রাধা থম্মোই
অহিং মুংথিল্ রানা লেল্লিবনি রাধা;
রাধাই থম্মোই' কৃষ্ণতবু নীংশিংলি
ফজরবা ফিরোন্ মৈগুন্না শারি
চন্দন্ তৈবস্থ মৈদা ঘী হাপ্পনি
রার' থম্মোইদা অরাম্ খৌরাং চঙ্‌ব্রি
মুংশিত্তা চাহুনা থব্রায় হিংবনি
কৃষ্ণবু থাগৎলুনে পদ্মাবতী
অতুতদা রাধাগী জ্ঞান্ লাক্কনি"।
হায়্রকই ইন্দুরেখা মতমতুদা —
"তাবিয়ু হে রাধা সতি ফজবী
শ্রীকৃষ্ণদি পরমাত্মা ঈশ্বরনি
মহাক্তি সংসার পূম্বগী মপুনি
রাংপা লৈতবী লক্ষ্মীগী মবুঙোনি
বৃন্দাবন্ উমংদা লৈবী মুপীজা
ঐখোয়্দি হায়্রুম্ম, মথুরাদা লৈবী

সহরগী ফজরবী মুপী ফাওবা
কৈস্থ কান্নবা লৈতে মঙোন্দা ।
মাগীনি মফম্‌ পূম্বদা লৈরিবা ।
মখোঙ্‌ থম্বাল্‌তবু ধ্যান্‌ তৌই সাধু পূম্বা ।
ব্রহ্মানা খঙ্‌বা ঙম্‌দে মাগী মগুন্‌
শীংথা ঙম্‌দে মাবু ভারতী মক্না
বেদনা থাবা লোইদে মাগী মগুন্‌
কনানা ঙম্‌নি মাগী সিমা লেপ্পা
ঐখোয়না করম্‌ খঙ্‌নি মাগী মহিমা ।
কাম কোটি ঙম্‌জ' মাগী শক্তম্‌নি
মফম্‌ খুদিঙ থুংনা লৈবা মহাক্নী —
করম্‌ খঙ্‌নি ঐখোয়না মহাক্কী গুন্‌
লেঙ্‌খৎলো হে ব্রজেশ্বরী নীংথিবী" ।
নোল্লুক্না হায়জৈ স্নুদেবী সখিনা —
" ঐগী রাসে তাবীয়ু নঙ্‌না ফজবী
পূন্দুনস্থ কন্দর্প চাম' চামনা]
কদৌস্নুংদা মাম্ন ঙমলোই কৃষ্ণগা
কৃষ্ণদি জিব পূম্বগী পুন্‌সিনি
জগত্‌ পূম্বগী লেঙ্‌দ্রবা ঈশ্বরনি
পদ্মাবতী নহাক্না অরেম্বদা
করিগী মহাকপু নিন্দা তৌরিবা
মরম্‌ লৈতনা কৃষ্ণ নিন্দা তৌবা

তোল্লবনি নঙ্গী পুনসি পদ্মাবতী
কৃষ্ণ নাম্ অমুক্তং শোঞ্জবদা
কোক্লিবনি মপোক্ কোটি কোটিগী পাপ্
' সিগুম ' নাম্দা করি' নিন্দা তৌরিবা " ?
চিত্রানা হায়্রক্ই তপ্ল ৱাহৈনা
" কৃষ্ণ নিন্দা তৌহৈবা থবক্ নত্তে
ওইথং' খুৎনা গোবর্দ্ধন্ থাঙ্গৎখিবা
কনা লৈ মাগা মান্ন' ত্রিভুবন্দা
বরাহ ওইদুনা মালেম্বু কন্খিবা
দত্য লিশীং লখা মহাক্না হাৎখিবা
করম্ মী লৈ মাগা মান্ননা কন্বা
করিগীদমক্ শ্রীমতীগী নাক্তা
থৱাইগী মপু কৃষ্ণবু নিন্দা তৌরিবা " ?
হায়্জরক্ই তুঙ্গবিদ্যা সখিনা —
" তাও পদ্মাবতী ! কৃষ্ণ নিন্দা তৌবদি —
য়াম্না তোন্বা তৌহৈদবা থবক্নি
ৱাধিকাগী থৱাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণ
মরোল্ অহুম' মপুনি' মত্তা ঙায়বা
অৱেম'দা নঙ্না করম্ নিন্দা তৌরিবা " ?
হায়্রক্ই চম্পকলতা রঙ্গ দেবী—
" ৱাধিকা' থৱাই, শ্যাম্ কাহ্নাই শক্হেন্বা
ব্রজনিংথৌ মপারী গোপীগী প্রান

নোংহৌঙম্বা বাসি পায়্‌বা শক্‌নৌবা
নঙ্‌দি রাধিকাগী থব্বাইগী থব্বাইনি
তাইবং পান্‌বগী মপুনি অথোইবা
লেঙ্‌খৎপীরো নিংথৌগী মচানুপী
লৌবিরগনু ৱা পদ্মাবতীগী ” ॥
ৱা পূম্বা তারবদা পদ্মাবতী —
হায়্‌রক্‌ই উদ্ধব্‌ য়েংনা তপ্না তপ্না
“ ঐগী ৱাসে গোপীশিংনা খঙ্‌ঙমদরে
অতুনা ঐবু চৈরিবনি মথোয়্‌না
তাবিযু উদ্ধব্‌ হায়্‌জগে নকাদা
তৌনিংবতা তৌঙম্বা কৃষ্ণ ভগবান্‌
মাগী মগুন্‌ শিংথা’ঙমদে বেদনা
ঐদি পঙ্‌লবী গোপী নুপী মচানি
করম্না খঙ্‌নি ঐনা মাগী মরম্‌ ।
মাদি অথোই’ ঈশ্বরনি লেঙ্‌নাইদ্রবা
পদ্মানা মখোঙ্‌ সেবা তৌজবনি
প্রকৃতি ঈশ্বরী য়েত্তা ঙাম্হোইবী
মাগী মগুন্‌ থাবা ঙমদে ভারতী
পঙ্‌লবী ঐনা করম্না খঙ্‌গনি ” ?
পদ্মাবতী ৱা তাবদা
হায়্‌রক্‌ই গোপীপূম্বা পুল্লপ পূম্না—
“ হা কৃষ্ণ প্রান কৃষ্ণ গোপীগী থব্বাই

ঐখোয়্‌না হেক্‌ পোকপা মুমিত্তে হৌনা
ঐখোয়্‌না নঙ্‌বু মুংশিজরক্‌পনি,
কায়্‌নবনা হেন্না মুংশিহন্‌বনি,
কায়্‌নবৈ ’ব্রাবা থাঙ্‌বা হৈনবনা
খ্বায়দৈ মুঙাইবনি নীংবা কায়্‌বনা—
অদুবু খল্লুবা ঙমজদে থরায় শ্যাম্‌
অমুক্‌ হল্লক্লরোই হায়্‌না বৃন্দাবন্দা ।
কনানা কাউঙম্‌নি চীক্ল মফম্‌দা
ব্রারী কয়া শাখিবা মাধব্‌কা চীক্লা ।
য়েংউ উদ্ধব্‌ বৃন্দাবন্‌ অসি থন্না
লৈরিবনি তুরেন্‌ উমং-লৈকোন্‌ কয়া;
মফম্‌সিদনি তাজবা ঐখোয়্‌না
মাগী মুংশির মুরুলী ধ্বনী তত্তুনা
উরুরগা বৃন্দাবন্‌বু মিৎসিনা
অতৎপা লৈতনা নীংশিংলি কৃষ্ণ ।
অরাৎপা লৈত্রবী বৃন্দাবন্‌ সিনা
কাউহন্‌বা ঙম্‌দরে মহাক্‌পু - কৃষ্ণ
বৃন্দাবন্‌সি থল্লি মাগী খোঙ্গুল্‌তনা
অদুবু খোঙ্গুল্‌নদি ফংহন্‌দে কৃষ্ণ
ঐখোয়, অতৎপা লৈতনা নীংশিংলি
ইবুঙোগী ফজরবা শক্তম্‌দো
মানা চৎপা, মানা নোক্‌পা মাগী ব্রাঙাং

মাগী ফাগী ফারাং, মানা লঙ্‌নবা
কৃষ্ণতবু খঞ্জবনা, পুম্নমক্
কাউরবী, ব্রজ গোপী ঐখোয়্‌নি
ঐখোয়্‌না মাবু কাউবা ওইখোক্তবনি
হে বৃন্দাবন্‌গী মবুঙো ! ঐখোয়্‌ পুম্না
তারে অৱাবা সমক্রুদা অতুনা
অমুক্তা লাক্‌পীতুনা বৃন্দাবন্‌দা
ঐখোয়্‌বু অৱাবসিদৈই কল্লোরাও !"
গোপীশিংগী কৃষ্ণদা লৈরিবা ভাব
অতৈগা মান্নদবা কৃষ্ণ ভাব
ভগবান্‌ হরিবু লৈশি লৈখোন্‌বা
উরু তারুবদা ভক্ত উদ্ধব্‌ প্রবর
ভাবনা থূমহংলে তরঙ্‌দা তাউরক্‌লে;
তপ্না তপ্না প্রেম্না থুম্নং' ৱাতৈনা
হায়্‌জরক্‌ই গোপীপুম্বয় মফম্‌দা
" তাবীয়্‌ হে ব্রজগী গোপীপুম্না
দ্বিপ্‌কী লক্তা পূক্লিং হুর' জম্বু দ্বীপ্‌নি
হায়রি' দ্বিপ্‌সিদা লৈরি ভারত্‌ ভূমি
পুন্য চেন্‌বা ফজরবা মফম্‌নি,
ভারত্‌তা ব্রজ ধাম্‌না অথোইবনি;
মুপী পুম্নমক্কী লক্তা ভারত্‌কী
ব্রজ গোপীশিংতনি পুন্য চেন্‌বী

থেংনজবনা গোপী খুয়া উফুল্
ভারত অসি ওইরে হৌজিক্ শেংল' মফম্
গোলোক্তা লৈবী কৃষ্ণে চান্নবী রাধা
গোপী ওইনা পোক্পীররে ভারত্তা
শ্রীদামগী অভিশাপ্না, রাই বিনোদিনী
কুম্থবীরে মালেম্ ভানুগী য়ুম্দা
শান্নরে মতম্বাক্তা কলাবতী
ওইবীররে বৃষভানু মচা নুপী;
রাধিকাবু নুমিৎ খুদিং উজন্থনা
গোপী পূম্বা ওইরে পুন্ন চেন্নবী
লাইশিংগী লক্তা মহেশ্বর সদা শিব
গোপীশিংগী লক্তা রাধা বিনোদিনী—
নুপীশিংগী লক্তা ব্রজগী গোপী
থাঙ্গে শেংবা কৃষ্ণ ভক্ত মক্তনি ।
শ্রীকৃষ্ণনা তম্মুচো তাক্পীরক্পা —
" নখোইগী থম্মোইদা লেঙ্দনা লৈনবা
ঐহাক্পু নুংশিবীবত্থ নখোয়্না
থোইনা হেন্না হেনগৎহন্গে থন্না
নখোয়্গা কায়্নবনি ঐনা থৌওইনা" ।
থঙ্জরে চুম্লে লোইনা ইবুঙোগী ৱা ।
ইবুঙোগা নখোয়্গা থানজ্রে 'মত্তা
মনাইবু চান্বীবা ইবুঙো কৃষ্ণ

লেঙ্দনা লৈরে নখোয়গী থম্মোইদা ।
ঐ অমুক চৎচররোই মথুরাদা
লৈজরনি গোপীশিংগী মনাই ওইনা
গোপীশিংনা শোন্বা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্
তাজগনি তত্তনা পাপ্ চেন্বা উদ্ধব্
হরিনাম্ কীর্তন তৌগনি মুঙাইনা—
গোপীশিংগা মান্নবা কৃষ্ণ ভক্ত
অতৈ কনা লৈতে মালেম্সিদা
মতম্ পূম্বা লৈজগে গোপী নাক্তা
ঐ অমুক্ হঞ্জররোই মথুরাদা" ।
উদ্ধব্কী য়াব্বা তাবদা বৃন্দা সখি
হায়্রকই ভক্ত য়েংনা মুংশিনা—
" করি অমুক্ হায়্সিগে ভক্ত অথোইবা
কৃষ্ণ লৈত্রবদা মায়্কৈ মরি মম্লে
বৃন্দা ঐগী বন্সে পূমহাঙ্ হাঙ্লে
থৌজাল্ হৈবা কৃষ্ণ জগত্কী মপুনি
প্রকৃতিদৈ তোঙান্বা অথোইবনি
ভৌনিংবতা তৌঙ্স্বা ভগবান্নি—
রাধিকাগী থবায়গী থবায় গোপীগী
কোক্কী লৈতেং কদাইদনো হা কৃষ্ণ
রাধাগী অব্বাবসি উদ্রবরা ?
তাও মহাশয় কৃষ্ণ মনাই অথোইবা

কৃষ্ণ ঈশ্বরনি থঙ্ই পূন্নমক্না
শোল্লো নীংথিরবা কৃষ্ণ কোলোই
থিন্দনা রাধাবু জ্ঞান্ তাহল্লো।"
মতমদুদা হায়জরকই উদ্ধব্না
মুংশিরবা থুম্থোইরবা খোঞ্জেল্না—
"হৌগৎলো, হৌগৎলো হে রাধাসতি
হৌগৎলো, ফজবী, কৃষ্ণগী চান্নবী,
মতম্ পূম্বদা কৃষ্ণ নাম্না জয় ওইরি।
হৌগৎলো কৃষ্ণগী থব্বাইদৈ হেন্বী
নীংথিবী; কৃষ্ণগী মনাই ঐহাক্কী
থীন্দনা চৎচরগে মথুরাদা
তম্জরুগে নঙ্গী নপাউ কৃষ্ণদা
চান্বীদূনা বীদায় পীনবীরো ঐবু।"
গোপীশিংনা শোনবা কৃষ্ণ কোলোই
লোয়ননা উদ্ধব্কী ব্রা তারবদা
জ্ঞান্ লাক্লে রাধিকা শোল্লি "থব্বাই শ্যাম্"
ব্রাবনা থম্মোইথন্ হৌগৎলে' ফম্জরে
মাচিন্দা শোঞ্জে হরে কৃষ্ণ হরে
রত্ন সিংহাসন্দা ফম্লে রাধারানী
গোপীশিংনা চামর থৌগল্ তৌজরি।
থব্বাই ওইবা কৃষ্ণবু নীংশীং নীংশীং
পিরাংন' থল্ল' মিৎন্না থম্বাল্ লৈইনা য়েং

হায়জরকৃই রাধা উদ্ধব মকাদা
"কৃষ্ণগী মরূপ! চৎলো নঙ্‌ মথুরাদা
ঐগী বা পুম্বা খঙ্‌হল্লু কৃষ্ণদা—
মাবু কায়ন' মৈনা থম্মোই খোম্না চাকৃলে
কৃষ্ণ লৈত্রবদা মায়কৈ মরি মমৃলে
থবাইগী মবুঙো পুবীরকৃউ থুনা
অবাবা সাগরদৈয়্‌ কল্লুনে উদ্ধব্‌
তোল্লবীগী থবাইগী গোবিন্দনা
পাঙ্‌ত্রবী ঐহাকৃপু থাদোকৃপীরেনে
লাইবক্‌ থীরবীবু রাধা ঐগুম্না
কনা অমা লৈবগে মালেম্‌সিদা।
কৃষ্ণ কায়ন— মৈচাক্‌ খাঙ্‌ঙম্‌দরে
রাধা ঐগী অবাবা পস্থেং য়ৌরে
অরাম্‌ খৌরাঙ্‌ লৈতরে, মিরৈত্তয় নিদ্রা
মাঙ্‌থরে, অহিং মুংথিল্‌ খঙ্‌দরে
রাধা ঐগীদি অবাবতা মাঙায়রে।
মহাকৃপু পুবীরক্কবা থিন্দনা
থুনা চৎত্রো উদ্ধব্‌ মথুরা তম্না।
পুবীরক্‌উনে কৃষ্ণবু ইনাক্তা।
কল্পবৃক্ষগুম্বা থবাইগী কৃষ্ণ
ফংজরগা ইপুরোইবা ওইনা
করম্বা যক্তবা লাইগী নোংদম্‌না

মাঙ হন্‌বীখরে অমুক্‌ ঐঙোন্দগী
ঐগুম্না লাইবক্‌থিবী পাপ্‌চেল্লবী
শরম্বা মী উবিবগে তাইবঙ্‌দা
কনা অমা লৈরিবগে ব্রজদা।
ঐগী থম্মোইদা মুঙাইবা লৈতরে
কৃষ্ণ নত্তনা পূন্নমক্‌ মম্না উরে
পূক্নিংগী' ৱাবা কনা' খঙ্‌বা ঙমবগে
রাধাগী থম্মোই নঙ্‌বু কৈদা লৈবগে
মশক্‌ উজর পূক্নিংসি পেঞ্জবা
মমিঙ্‌ তাজ্জর' পুনসি মহয় য়াঞ্জবা
মরোল অহুম জয় তৌবা ঐগী বিধাতা
থরাইগী মবুঙোবু মুংশিথোইবা
ঐনা করম্‌ কাওগনি হায়যু উদ্ধব্‌ !
শক্তা গুণ্‌দা মাগুম্বা অনি শুদবা
মতম্‌ পুম্বদা লেঙ্‌দবা অচুম্বা
মাগী য়াথং জগত্‌ পুম্বনা ঙাক্‌লিবা
বিধিগী বিধাতাসু ওইরিবা
পোকপা শিবা হিংবা মাগী মরন্‌ ওইবা
মথেক অহুম্‌ থেক্‌পা বাসি পায়বা
কোক্‌থক্তা ৱাহোং চুরানা লৈতেংবা
ফুইনা নোংহৌ ঙম্‌জবা চান্নথোইবা
মহাক্‌পু ঐনা করম্না কাউগনি

মহাক য়াওদনা ঐনা করম্ হিংগনি ?
কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্ থাঙ্বা ঙম্দরে
কৃষ্ণ উদনা পুক্নিং লৈইতা' ঙম্দরে
ব্রাখল্ শান্তি লৈতরে, ব্রাবনা থল্লে;
মুনি ঋষি কয়া' পাওতাক্না, ভারত্তীগী
ঈংল' খোঞ্জেল্না, বিনা শুর কয়ানা
স্বর্গগী লাই পুন্বে নাওথেম্ ব্রাহৈনা
রাধাগী পুক্নিং ফাজিন্বা ঙম্লরোই
কৃষ্ণ নত্ত' ঐগী পুক্নীং ঈংলরোই
চংলোনে উদ্ধব্, পীনবীরো মাধব্
অরাপুম্' মাঙ্হন্বা কৃষ্ণ মায়থোং ফজবা
অমুক্হন্না থুনা উহন্বীয়ু উদ্ধব্।
থঙ্দ্রনে নঙ্বু হে ভক্ত অথোইবা !
কৃষ্ণ য়াওদনা হিংবা ঙম্জদে রাধা।"
কপ্পতনা ব্রারবা রাধা, খোঞ্জেল্
অমুক্ থোক্খিদ্রে, উদ্ধব্তা য়েংজবতা
মঙায়্রে, ব্রা অমুক্ ঙাঙ্খিদরে।
কপ্পতনা ব্রাঙাং থোক্ত্রবা উদ্ধব্
মিংস্না থম্বাল্ অনি পিরাংন-থন্
থুরুম্জরে রাধাগী মখোঙ্ খাদা
ঙাইজরি, য়াথং মথুরা চংনবা ॥
হনখি' তারদা উদ্ধব্ মথুরাদা

অন্নাবনা থল্লকৃলে গোপী পুম্বা।
মঙ্গল্ পোৎলম্ পুম্বা থম্লে উদ্ধব্ মাঙ্দা
অথেম্পোৎ মনা মথিন্ হাপলে দলাইদা
গোপীশিং কৃষ্ণে খুদোন্পোৎ তম্জরী
ফম্ফম্দগী হৌগৎলে রাধা রানী ।
মিত্তগী পী জর জর শিন্থরী
উদ্ধব্ মকাদা আশির্ব্বাদ তৌরক্ই
নুংদা ব্বারবী রাধা উদ্ধব্তা হায়খি—
"চৎলো ভক্ত, মথুরাদা হল্লোকো
আশির্ব্বাদ তৌরি নঙ্বু ঐহাক্না
মঙ্গল্ ওইয়ু অনীংবা পুম্বা থুংজো
হরিগী মফমদয় জ্ঞান্ ফংবা ওইজো
নহাক্ কৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইয়ু
ভক্তশিংগী লক্তা অথোইবা ওইয়ু ।
হরিদা ভক্তি লৈজরবা মাদি
ফংলরোই অন্নাবা অমুক্ পোক্পগী
মহয় য়াল্লবনি মহাক্কী পুন্সি।
তাও, হে ভক্ত উদ্ধব্! নঙ্ ভক্তাগা লোয়্ননা
হরিগী চরন্ ধ্যান্ তৌ হন্না হন্না ।
লাইগুম্না অমর ওইনা লৈবদগী—
মরোল্ অহুম্দা ফংঙম্দ্র' হরিগী
মনাই ওইবনা, থোইনা হেন্না ফবনি ।

থৌজাল্‌গী মপান্‌ নাইদবা মহাক্কী
ভক্ত' তুংইন্‌বা, পূম্নমক্কী হৌফম্‌নি
কাউন্নু উদ্ধব্‌, তুংনফম্‌নি মহাক্কী
চৎলো ভক্ত; মথুরাদা চৎলোকো
মঙ্গল্‌ ওইয়ু, নঙ্‌না নীংবা থুংজৌকো" ।
রাধিকাগী য়াব্বা তাবব' উদ্ধব্‌
কৃষ্ণ প্রেম্না থুম্মৎখরে, জ্ঞান্‌ মাঙ্‌খ্রে
তরং লাইজ ঈরা হৌ, হঙ্গচ্চখি
রাধাদা খুবাং চাংজৌ তরা লোম্না
"ভারতকী 'মুংদা পুন্য চেন্‌বী বৃন্দাবন্‌
তৈজত্থনা রাধাগী খুয়া উফুল্‌
ওইজরে য়াম্না শেংঙবা মফম্‌
ওইরে মালেম্‌, পুন্য চেন্‌বী লাইবকৃফবী ।
প্রজাপতি ব্রহ্মানা চহি চা' কয়া
তপ্‌ তৌত্থনস্থ পুস্কর তির্থদা
ফঙ্খিদে উবা যুগল মুর্ত্তি মঙ্‌দা ফাও'
লাইবক্‌ ফৈদা গোপ -গোপী পুম্নমক্‌
মথোয়্‌দি উবা ফংজৈ মুমিৎ খুদীং
ফংঙম্‌ম্রবা রাধা কৃষ্ণে যুগোল্‌ মুর্ত্তি ।
গোপী কোটি কোটিগী মবেম্মনি
কৃষ্ণগী থব্বাইদৈ হেন্‌বী রাধিকা
রাধিকাবু নিন্দা তৌবা মথোয়্‌দি

পুগনি পাপ্ ব্রাহ্মন্ চাম হাৎপগী
পোক্কনি হন্না হন্না ওক্কী মচা ওইনা
ওইগনি নরক্কী তীল্ মতম চুপ্পা;
জয় রাধে, শ্রীরাধে, রাধে নঙ্গী বরনা
ফংজরনি কৃষ্ণয় চরন্ শোয়্দনা
পাপ্ চেল্লবা ননাই উদ্ধব্ ঐহাক্না" ॥
রাবম্সি হায্না হায়্না রাধিকাদা
থৃকমজে মকোক্ নোম্না খুয়াখাদা ।
তোংখৎচরে উদ্ধব্ দলাই থক্তা
চৎপা হৌখবে মথুরা লম্বীদা
তাম্না য়েংনা লৈহৌই গোপীশিংনা ।
মহাকপু য়েংহ্নুনা হায়খি রাধানা —
" থুনা চৎলো ভক্ত মথুরা তান্না
তম্মু রারম্ পূম্বা কৃষ্ণয় মফম্দা
থিন্দনা থারকুউ কৃষ্ণ অসিদা ॥
অরেম্বনি, কৃষ্ণ য়াউদ' ঐই পুন্সি,
থরায়গী মবুঙোবু উদ্রবদি
শোইদনা রাধা থবায় থানি উদ্ধব্
শ্রীকৃষ্ণ লৈতরবা বৃন্দাবন্সি
শুক্ল' মম্লবা মফম্ অমা ওইরে;
চৎলো হে উদ্ধব্ কৃষ্ণগী মনাক্তা
তম্বীয়ু ঐগী রা পুম্বা মঙোন্দা" ॥

রাধাগী বিদায় লৌজরে, চংখরে,
নুংবঙ্নরবী রাধা রাস্থখরে
তরংদা মিং উইশিন্ শোঞ্জে তপ্পা তপ্পা—
' চংলু চংলু উদ্ধব্, মথুরা তান্না
পুবক্উ ঐগী থরায়গী শ্যাম্ থুনা;
কৃষ্ণ লৈত্রবা — অমুক্ হিংলবোই
কৈদনো ঐগী থরায়গী মবুঙো
কদাযদা চংব্রে ঐবু থাদোক্কনা
করি লম্দনো নহাক্পু দয়ামময়
তোল্লবী, মবুঙো চান্বীহৈবা হরি
মদন্বু ঙম্জবা থুত্তা বাসি পায়্বা
চুবানা লৈতেংবা সনা ফিগে থোন্বা
থরায়গী শ্যাম্ রাধাগী চান্নখোইবা
লাক্পীরো থুনা ঐহাক্কী ইনাক্তা" ।।
জ্ঞান্ মাঙ্খরে রা ভাঙ্খিদরে রাই
কপ্চরি সখিশিং রাই চরন্ কোন্না
শোঞ্জরি কৃষ্ণ মন্ত্র পুল্ল'প পুন্না।



[১৯]

## উদ্ধবনা কৃষ্ণদা পাউদথা

" জয় রাধে শ্রীরাধে, রাধে শ্রীরাধে
জয় কৃষ্ণ শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীরাধে কৃষ্ণ" ।
রাধা কৃষ্ণ কোলোই শক্ল শক্লহুনা
খর্জ্জুর কাননগী লম্বীরোম্‌দা উদ্ধব্
থুনা চৎখরে মথুরা লম্বীদা;
যমুনাদা স্নান্ দান্ লাঙ্‌জর' তুংদা
মধুপুর য়োরকূলে ভক্ত অথোইবা ॥
মথুরা য়োর'দা উথি উদ্ধব্‌না
কৃষ্ণ ভগবান্ নগরগী চিদাইদা
মী চীক্লবা বট্ পাম্বী মথোঙ্‌হুদা
মথন্তা লৈরম্মী মাবু ঙাইহুনা
বৃন্দাবনগী লম্বীদা চিংনা য়েংনা ।
ব্রজে পাউ তানীং'না লাঙ্‌তক্লরবা
মাধবনা হায়্‌খি উদ্ধব্‌পু উবদা
" হে উদ্ধব্, মরুপ্ ! লাও লাও ঐগী নাক্তা
তম্মু করি উরকৃই বৃন্দাবন্‌দা !
উনরকৃপরা শ্রীমতী রাধিকা
কররম্মা থাঙ্‌হৌই ঐগা কায় নবা

করম্ হায়না লৈহৌই গোপী পূম্বা
করম্না মতম্ লেল্‌হৌই গোপমচা
করম্না লৈহৌই ইমা যশোদা
উনরক্‌পরা পিতা নন্দ নিংথৌ
তাহল্লো পূম্নমক্কী য়াইফ পাউদো
তম্মু শন্দোক্লা নঙ্‌না উরক্' পূম্বা
থীল্লম্মু অমুক্ লাঙ্‌তক্করে থম্মোই" ॥
শ্রীকৃষ্ণগী পাউহং তাজরবদা
তমজৈ উদ্ধব্ ব্রজদা উরক্' পূম্বা।
"তাবীয়ু যাদব! হঙ্গচ্চগে' পূম্বা—
ভাণ্ডির বন্দা ব্রজগী অঙাং খিবিক্
থেংনজৈ কপ্লম্বা নঙ্‌বু কৌত্তুনা
উজরক্ই ইমা যশোদা রানী
কপ্লম্মী নঙ্‌বু কায়্‌নবা মৈচাক্লা
হিংহৌরি নঙ্‌বু উখিনি আশাত্তনা
উনরক্ই ব্রজগী নন্দ নিংথৌ
হংলক্ই নঙ্‌না নীংশিংলিবরা মাবু।
ব্রজগী গোপী পূম্বা থেংনজক্কই
কোয়্‌না চংলম্মী রাসমণ্ডল্ শিন্থুংনা
থিত্তুনা লৈরম্মী কদায়দনো শ্যাম্?
শ্রীমতী রাধা নঙ্' কায়্‌ন মিকুপ্ তৈত্তয়
হিপ্তুনা লৈরি লফুগী বন' মুংদা

মোৎলবা শেগাযব' ফি শেৎ-ইন্দুনা
লৈমায়্দা যাতারা লৈঙোই' ফমুংদা ।
পক্ষ্মে মশাদা সনা মনি রত্ন
তৃপ্না হিপ্না অরাম্ খৌরাং চঙ্দরে
মঙোন্দা অহিং নুংথিল খঙ্খিদরে;
নঙ্' কায়্ন - মৈচাক্না জ্ঞান্ মাঙ্ন' লৈরি;
নখোঙ থম্নালব্ু লেপ্তুনা নীংজরী
কায়্নবে ব্রাবনা হন্না কপ্চরী „ ।
মবক্ মবক্তা হংলি—“ বৈদনো শ্যাম্”—
নুংশা মপী ফুয়ন হোন্ হংজৈ তত্তনা—
“থরাইগী মবাঙ্গা স্যাম্ কহ্নাই শক্হেন্বা
নঙ্বু বৈদোইঙে উগনি, নুংশিথোইবা” ।
নঙ্ কায়্ন মৈচাক্না হিংনরোই বাধা
নঙ্গী মবন্গী মহাক্না শিববা
নিংচং থীগনি নহাক্কী, হে কৃষ্ণ ।
তাবীযু প্রভূ দয়াময় - চান্বীহৈবা
অমুক্তা লেঙ্বীযু নঙ্না মাগী নাক্তা” ।
বৃন্দাবন্গী উরি উনা চীং তুরেন্
হৈকোন্ লৈকোন্ কুঞ্জবন্ রাসমণ্ডল্
ঘনবী যম্নাওগা লোয়্ননা গোবর্দ্ধন্
ভাইহৌরি নঙ্বু হে মুরলী বাদন্
অমুক্তা লেঙ্বীযু ব্রজ ধান্তুদা
মিৎ মক্না য়েংবীরু শ্রীমতীগী দষা” ।

## ( শ্রীকৃষ্ণনা ৱাৱা-উদ্ধব্‌তা ৱাশক্‌ )

উদ্ধব্‌ মপাউ তারবদা শ্রীকৃষ্ণ
'ৱাবনা মুংবঙ নরে থম্মোই কায়রে
খল্লু খল্লুর' থোইনা নিঙ্‌ঙম্মক্রবে ।
অক্রুরগী দলাই মাঙ্‌দা লেপ্‌চখিবী
মিৎস্না পিরাং থন্‌ মাবু য়েঙখিবী
ইকাই-ইকি ৱাংমলান্‌ শম-ন: ইফা ফা
দলাই চাকা পায়্‌তুনা থাম্ঙখিবী—
গোপীশিংগী মবেম্মা থৱাই' রাধা
কপ্পা কপ্পা ঙম্মা হম্মা হায়খিবা—
"লেঙ্‌বীখিন্নু হে থৱাইগী মবুঙো
মধুপুরদা লেঙ্‌খিন্নু—চাম.থাইবা
তোল্লবী রাধা ঐবু থাদোক্ত্‌না
লেঙ্‌খিন্নু, লেঙ্‌বীখিন্নু মুংশি থোইবা
হিংবা ঙম্‌জরোই রাধা—নঙ্‌ য়াওদনা ।
তোল্লবী রাধাবু হুন্দোকপীরগা
কদায্‌দা লেঙ্গেগে ব্রজগী থা" ॥
কররা কাউসিগে চাম্নবীই শক্তম্‌দো
কৃষ্ণগী থরায়্‌গী থৱায়্‌ রাধিকা
ঙৎলরে থম্মোই ঙম্‌চাক্লরে ৱাখল্‌—
যমুনা পুলিন্‌, শ্রীকুণ্ড, ভাণ্ডিরবন্‌

কদম্ব খণ্ডি গোবর্দ্ধন্‌ চীংগী তম্‌য়া
মানসি গঙ্গা, নিভৃত নিকুঞ্জবন্‌—
কদায়্‌দা লৈখরে কুসুম্‌ সরোবর
কৈদৌঙৈনো পাম্‌জবা সূর্য্যপুজা
শুৎলরে, থম্মোয়্‌ অসি ওম্‌চাক্লরে
কদাইদনো শ্যাম্‌' থরাই বিনোদিনী " ?
সুংবঙ্‌নব্রে কৃষ্ণ তরঙ্‌দা লৈখ্রে
খঙ্‌খিদরে লৈঙোইনী হায়বা মাধব্‌ ।
কৃষ্ণ মতৌ উবা পাখৎচৈ উদ্ধব্‌
কোন্‌খচ্চরে মথাদা হুমজৈ হুম্াই
শোঞ্জে নাপদা থম্মোই শুস্নাৎ' কোলোই
" রাধিকানা জয়্‌ শুইরে লেঙ্‌খৎলো কৃষ্ণ
রাধিকাগী মবুঙো, রাধা বল্লভ্‌
জগত্‌কী মপু তোল্ল'বু কন্‌বিবা
লেঙ্‌খৎলো হরি তাবিয়্‌ উদ্ধব্‌কী ৱা ।
উদ্ধব্‌না শোন্‌বা উদ্ধব্‌না শক্‌চবা
তারবদা সুংশির' রাধা মন্ত্র
জ্ঞান্‌ লাক্‌লে গোবীন্দ, চিংন-য়েংজৈ উদ্ধব্‌ ।
" হায়য়্‌ উদ্ধব্‌ হায়য়্‌ চান্নবা মরুপ্‌
তম্মু করি হায়রক্‌ই চান্নবীনা " ?
" তাবীয়্‌ প্রভু দয়াময়, থৌজাল্‌ হৈবা
ইবেম্মনা হংই তম্তনা নঙ্‌বু

অমুক্‌ হম্না লাকৃখিত্রা বৃন্দাবন্‌দা
কৈদৌঙৈ অমুক্‌ উগনি ব্রজদা
লেঙ্‌ঙো মাধব, থিন্দনা বৃন্দাবন্দা
লেঙ্‌বীরু অমুক্তা রাধাগী নাক্তা।
ওইবীগম্নু নঙ্‌না মুংশি হৈতবা;
নহাক্কী রাথল্‌তনা ঙাওজরবী
ফুদোঙ্‌ল’ সনাগুম্‌ ফজবী রাধা—
নঙ্‌বু কায়্‌নবা মৈচাক্লা হে কৃষ্ণ
মুশিন্‌ মুনা কাহৎখরে হে মাধব।
নহাক্লা পেন্‌বীনবগীদমক্তা
ফজরবা ফিজোন্‌ মতম্‌ পুম্বদা
শেৎ-চারম্বী, নীংথির’ রত্ন শিরম্বী
নঙ্‌গী থম্মোই হুবী ব্রজৈ মবেম্মা
মশাদা ফিজেৎ লৈতেং পকৃখিদরে
ইকাই ইকি জ্ঞান্‌ মশাদা লৌখিদ্রে;
নঙ্‌বু উদ্রবদা হিংলরোই রাধা
প্রেম্‌ময়ী রাধা করিগুম্‌ শিরবা
মাধব! মুপী হাৎপা পাপ্‌ পুনি নহাক্‌
মুপী হাৎপগা মান্নবা পাপ্‌ অমা
করি লম্‌দা লৈরমগনি হে কৃষ্ণ?
মাধব নঙ্‌দি জগত্‌কী মবুঙোনি
রাধিকা নঙ্‌গী থরায়দৈ হেনবীনি।

কনা লৈ মাগা মান্ন' নঙ্গী ভক্ত ?
নঙ্বু নীংজবগুম্ রাধা সিত্তনা
খন্দবনি দেবী ভারতী ফাওবা
লেঙ্বীরো থুনা বৃন্দাবন্দা মাধব
কোকহন্বীয়ু 'মুক্তা রাধাই অরাবা" ।
উদ্ধব্ য়েংন শ্রীকৃষ্ণ, মিৎস্না থম্বাল্
তরঙ্ হৌ—হায়রকৃই তপ্পা তপ্থনা—
"তাও মরুপ্ উদ্ধব ! নঙ্ লোইনা খঙ্বনি
হায়য়ু করি তৌসিগে তাকুউ নঙ্না—
শ্রীদাম্গী শাপ্না রাধাগা ঐহাক্তা
হৌরবনি চহি চামা কায়নবা
যুগ্ ধর্ম্ম ঙাক্ন'—ভক্তে ৱা ঙাক্নবা
কায়ন' তাবনি থরাইদৈ হেন্বী মাগা
মিকু' মত্তং কায়ন্বা যুগ কয়া হৌগুম্
ৱাদবোই নীংম্নু নবেম্মা কায়ন্বা
চৎনীংলিবনি ঐনা থোইনা হেন্না
থম্মোইগী চান্নথোইবী রাধানাক্তা
হায়য়ু উদ্ধব্ ঐনা করি তৌগনি
ৱাবনা ফুম্লে ফুম্বঙ্নরে ঐদি
ঐবু করি ওইরসিগেনে উদ্ধব্" ?
শ্রীমতীগী ৱাথল্না ফুম্বংনর'
শ্রীকৃষ্ণ, মিৎস্না থম্বাল্ পিরাংনা থন্

ভক্ত উদ্ধব্ ! য়েংলকৃই লাঙ্তরুনা ।
মবুঙো’ নীংলি’ থঙ্জরবা উদ্ধব্
মিৎস্না তরং হৌ হায়জরকৃই তপ্না—
“ তাবীয়ু প্রভু দয়াময় থৌজাল্ হৈবা !
নঙ্দি নোংদম্বগী নোংদম্বনি
নঙ্দি জগত্ পূম্বগী মবুঙোনি
ভক্তগী মবুঙো ভগতব্যসল্নি
ভক্তনা নীংবা থুংনবা, করি লৈ
নঙ্না তৌদবা; করম্বা মতম্দা
নঙ্না ভক্তগী আশা কায়হন্থিবগে ?
মবোল্ তরামরিদা রাধাগুম্বী
নঙ্গী ভক্ত করি লম্দা লৈবগে ?
মনীং থুংননবা ভক্ত মহাক্কী
তৌবিগনি নঙ্না হে ভগতব্যসল !
বৃন্দাবন্দা ঐনা হায়রম্মী রাধাদা—
“ রাগনু রাধে কৃষ্ণগী চান্নবী
নহাক্কী থরায়গী মবুঙো কৃষ্ণ
শোৎদনা অমুক্ লাক্কনি ননাক্তা
ঐনা মথুরা চৎলগা থিন্দনা
নবুঙোব থারক্কনি ননাক্তা !
লেঙ্উ, লেঙ্বীয়ু রাধাগী মবুঙো
লেঙ্বীয়ু দয়াময় থৌজাল্ হৈবা

মনাই উদ্ধব্‌কী ৱাশিংহু নহাক্না
মিনম্বা ওইদবা থক্‌ ওইহন্‌বীগম্বু—
মনাই ভক্তগী নীংবা থুংহন্‌বীয়ু ।”
হরি মখোঙ্‌খাত্নদা লৈতাত্না
খুরুম্‌জে হায়জে হন্না হন্না
লেঙ্‌বীনবা মাধব্‌ বৃন্দাবন্‌দা ।
উদ্ধব্‌কী ৱা পূম্বা তারবদা
মোমোন্‌ মোমোন্‌ নোক্লকলে শ্রীকৃষ্ণ
মুংশি শুক্ষৎ খোয়্‌থুম্লবা ৱাহৈনা
হায়রক্‌ই তপ্না মনাই ভক্ত য়েংনা
“ কিনিঙাই লৈতরে মরুপ্‌ উদ্ধব্‌
অমুক্‌ ৱারগম্বু ভক্ত অথোইবা
নঙ্‌গী ৱাশকপু থুগাইবা য়াবরা
মরুপ্‌কী আশাবু কায়্‌হন’ য়াবরা
নঙ্‌গী নীংবা থুংননবা শোয়্‌দনা
নঙ্‌গী ৱাশক্‌ ঙাক্লনবা ঐহাক্না
চৎকনি ঐনা লেপ্পমক্‌ ব্রজদা
উনরুনি থৱায়্‌গী রাধিকা ।
ৱারগম্বু মরুপ্‌ ঙাকনি ঐনা
নঙ্‌গী ৱাশকু শোয়্‌দনা থুনা ” ।
জিব পূম্বগী থম্মোই শুক্ষৎ ঙম্বা
শ্রীকৃষ্ণগী ৱা তারবদা উদ্ধব্‌

হয়াউজরে, পাস্নোম থাঙ্গৎ জগোয় শরে
শক্চরকই-জয় রাধে জয় কৃষ্ণ
রাধা কৃষ্ণনা জয় ওইরে জয় ওইরে”
খুরুমজরে উদ্ধব্ মবুঙো চরন্
শোঞ্জত্না রাধা কৃষ্ণ কোলোই
চৎখরে ভক্ত ময়ুম্দা হরাওনা ॥

---

(১২)

## রাধা—কৃষ্ণ মিলন — কৃষ্ণগী রাশক

উদ্ধব্কী রাশক্ ঙাক্লবা ভক্তগী নীংবা থুংনবা
মঙ্লৈবাক্তা লেঙ্লক্লে হরি কৃষ্ণ শক্হেন্বা,
গোপীশিংগী মনাক্তা সনা ফিগে তাখৎনা,
লেঙ্ঙক্ই চেম্না চেম্না মুংশিংকী মমাঙ্ থাত্না;
লাঙ্তক্লবা রাখল্নি নংহৌররোই শোয়রনি
রাধা শিবনা হান্থ্রবা উহৌররোই বিনোদিনী
থম্না থম্না শ্রীকৃষ্ণ চেল্লক্লে খোঙ্না হেক্তা
মথুরা লন্থীদো শাংলবা মুংশা থীবা লোয়ননা;

তোংখিদ্রে রথ দলাই থীন্‌বা তারে খন্দুনা
চোংনা লাল্লে যমুনা চেল্লক্‌লে বৃন্দাবন্‌ ফাওনা
রাস মণ্ডল্‌ তম্‌তুনা তিংখং তুম্বৌ কিদনা
হকচাং থিনগাই খোগাইনা সনা ফিগে শেগায়্‌না
য়ৌরকলে মাধব্‌ মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা।
রাম্বুরিবী রাধানাক্তা চঙ্‌শিল্লক্‌লে গোবিন্দ
হায়রক্‌ই মুংশিনা রাধাবু চিংনা য়েংতুনা
হৌগৎলো মিত্তা ফজবী থবায়্‌গী রাধে চান্নবী
ঐহাক্‌ লাক্‌লে হৌগৎলো ওইন চাওবী শকহেন্‌বী
যুগ ধর্ম্ম ঙাক্লবা চৎপনি ঐ মথুরাদা
মামকংসেই ধনু যজ্ঞ য়াওরুবনি রাধে
ঐনা হায়্‌রম্বদাই শোয়্‌দনা অমুক্‌ লাক্কনি
করিগী ওল্লি লৈবাক্‌থক্তা হৌগৎলো চান্নবী
হৌগৎলো শ্যাম্‌গী থবায়্‌, বিনোদিনী ফজবী ”।
কৃষ্ণে য়াব্রা তাবদা জ্ঞান্‌ লাক্‌লে বিনোদিনী
লেঙ্‌খৎলক্‌লে রাধিকা য়েংজরক্‌ই মায়কৈ মরী
হায়জরক্‌ই ওথক্লা “কদায়্‌দনো থবায়গী শ্যাম্‌”
উজরে মাঙ্‌মক্তদা মোমোন্‌ নোক্লা লেপলিবা
কাম কোটি ঙমজনা ফজবা নোংহৌ ঙম্বা
রাজ বেষ থোল্ল’ স্যামসুন্দর, গোপী থম্মোই শুদ্ধৎপা
কোক্তগী তোন্‌ ফাও মিৎকুপ্ত মুন্না য়েংজৈ রাধিকা
শ্রীকৃষ্ণে হুমাংন চোৎল’ উফুল্‌ পক্‌পা চরন অনি

উরুবদা তিংখংনা থোগাই থিনগাইরবা হক্‌চাং
পাখৎচরে বিনোদিনী,—সখিশিং কৌরহুনা
শেংদোক্‌চরে মথোঙ্‌ থম্বাল্‌ ঈংল কুণ্ড ঈশিংনা
তৈজরে শ্রীঅঙ্গদা হিদাক্কা লোয়্‌নর' চন্দন্‌
মুম্না য়েংল' শ্রীগোবিন্দ হায়্‌রকই তপ্না তপ্না
" মায়থোং থাজন্নু মহাক্কী য়াম্বা থোন্‌ফম্‌সু ইবুঙোনি
অঙ্গগন্ধসু মহাক্কী চরন্‌ অনিসু মহাক্‌নি
অদুবু ঐগী ইবুঙোদি কৈদৌঙৈ থোন্দে রাজবেষ
সনা ফিগে থোন্‌বনি, থোন্দবনি রাজমুকুট
রাহোং চুরা লৈতেংবনি বনমালা থোন্‌বনি
খুত্তা বাসি পায়্‌বনি খোঙ্‌দা নোপুর থোন্‌বনি
হায়বীয়ু শেংনা মহাশয় কনানো নহাক্‌পু
করি লম্‌দৈ লাক্‌লিবা অশেংবদো তাক্‌পীয়ু" ।
" করি রানোনে চান্নবী—কন্নিনো ওইন-চাওবী
উদ্ধব্‌কী পাউ তাবদা থল্লু'দা চান্নবী নঙ্‌গী
নঙ্‌গী রাখল্‌না ঙাওহুনা অফংবা শেং লাক্‌পনি
চেন্না চেন্না লাক্‌পনি উহৌররোই থল্লক্‌পনি
অরাবা অমুক্‌ পীরসু চান্‌বীরোনে ঐহাক্‌পু
মুংশি খোয়্‌থুম্‌ রাঙাংনা কৌশিন্‌বীরো ঐহাক্‌পু" ।
গোপী পুম্বা ঙক্না য়েংই মুংশিথোইবা শক্তম্‌দো
মথোয় ময়াম্‌ ঈরাঙ্‌ লাঙ্‌ই হন্নাও মথোই কারিদো
ময়াম্‌ ঈরাং লাঙ্‌লিঙৈ রাধাসু ঙক্না য়েংলিঙৈ

মবুঙো পাওথুম্ পিত্রিঙৈ কুণ্ডলতা সখিনা
ঈঙ্গিত তৌই মবুঙো বৃন্দা সখি লোয়ননা
অনকৃপদা লৈরিবা চীক্ল' কুঞ্জ তম্না।
হৌজিক্তা মাঙ্দা লৈরম্বা শ্যাম্ সুন্দর শকৃহেন্‌বা
খঙ্হৌদনা মাঙ্খিবা—নিঙমমক্ত্রবী রাধিকা
হাইহন্ত্রনা রাম্বুরে—মিৎস্না থম্বাল্ পিরাং থন্
মিৎ কুপ্তনা য়েংলি মফমত্তুদা লেপ্লম্বা শ্যাম্
হায়্রকই মতেক্ রাহৈনা "কদাইদা লেঙ্ব্রে
ইবুঙো তোল্লবীবু থাদোক্ত্রনা করি লম্দা লেঙ্গ্রবা
ঐনা করি লান্‌থিত্নুনা উনা উনা মাঙ্খিবা"—
রাঙাংখিত্রে রাধিকা লৈরি তুমিন্ মুংবঙ্না
সখিশিংনা কোয়শিল্লি হুমায়্ হুম্জৈ রাধিকা
কনানা মখোঙ্ নোইজরি কনানা য়েংলি মায়খোংদা।
চীক্ল' কুঞ্জ মমুঙ্দা লেঙ্শিনগ্রবা ইবুঙো
ফিজেৎ লৈতেংবীরকলে হৈশিংলবী সখিনা।
রাজ মুকুট লৌথোকলে রাহোং চূরা উষ্ণীরে
মনি পরেং হুক্তোকলে বন্‌মালা শিবীরে
রাজবেষ হোংদোকলে সনাফিগে থোন্‌বীরে
খোঙ্দা নোপুর শিবিরে খুত্তা বাসি পায়্হল্লে
থাপ্না থম্ব্রে পাঞ্চজন্য লোংশিনগ্রে গদা চক্র
লেঙ্শিল্লিবা কুঞ্জমুংদৈ খোংলকলে মুরুলি বাসি
কৌরকলে তোয়্না " রাধা রাধা থরাইগী রাধা"।

বাসি খোঞ্জেল্ তাবদা মোমোন্ নোক্চৈ রাধিকা
পুক্নীং তয়াং তশোয়্না ফিজেৎ লৈতেংজদ্ধুনা
সখিশিংগা লোয়ননা সঙ্কেত কুঞ্জ তম্থুনা
লেঙ্শিল্লগা বিনোদিনী থুক্লমজৈ মবুঙো থুয়া থাদা
মাইথোং থম্বাল্ লৈহি চুপ্চ-হংজৈ "লেঙ্লক্লবরা ?
মথোঙ্ থম্বাল্ চেজেৎ কোজ, মুংশি তনিক্ রাহৈনা
হক্কচৈ বিনোদিনী থবাই মবুঙো য়েংনা
" রাশক্পীয়ু ঐঙোন্দা অমুক্ থাদোক্লরোই ঐবু
হায়বীয়ু মাধব্ অমুক্ ওৎলরোই গোপীশিংবু
বৃন্দাবন্দগী হেন্দোক্লরোই রাশক্পীয়ু মাধব্,
কায়্নবগী অরাবা থাঙ্বা ঙমজদে মিকুপ্'মতা
ঐবু অমুক্ হুন্দোক্পীররোই রাশক্পীয়ু চান্নবা"।
থৌজাল্ হৈবা শ্রীকৃষ্ণ কোর্নখৎপীরে রাধিকা
ওইখুৎনা লেংবান্দা থম্ য়েং'খুৎনা রাই থদাং পায়
মুংশি চান্ন মিৎয়েংনা রাধা মায়্থোং য়েংদ্ধুনা
মোমোন্ মোমোন্ নোক্নুনা হায়্রক্ই শ্রীগোবিন্দ
" রাধে থরায়্গী চান্নবী থাদোক্কে ঐদি বৃন্দাবন্
বৃন্দাবনদগী থোঙ্ নামা থাংদোক্কে ঐদি কদৌমুংদা।
নঙ্ থঙ্দবা চান্নবী—থরায়্ অমত্তনি নঙ্গা ঐগা;
থরায় অমত্তনা—চকচাং অনি থোক্পতনি
নঙ্না লৈবা মফমদা কৃষ্ণ ঐস্থু লৈম্বিবনি ।
বৃন্দাবন্গী উঁফুল্ লৈয়রিক লৈয়রিক খুদীংমক্তা

বৃন্দাবন্‌গী উপাল্‌ ৱাপাল্‌ নাপীশিংবী খুদিংমক্তা
কৃষ্ণ ঐ লৈরিবনি, লেঙ্‌দনা লৈরিবনি ঐদি
যমুনাগী ঈরিক্‌ খুদীংমক্তা; খঙ্‌উ ৱাধে
কুঞ্জ কুঞ্জ খুদীংমক্তা খোইমুনা ঙংলিবা মফম্‌দা
শাংকায়রবা লৈৱাং খুদীংদা উচেক ৱায়া পূম্বদা
কোকিল খোংলিবা মফম্‌দা ৱাহোংনা জগোয় শাফমদা
লৈনয়া হার' কুঞ্জদা লেঙ্‌দনা লৈরি কৃষ্ণ ঐ
শ্রী ' কুণ্ড মক্তদা ঐদি লেঙ্‌দনা লৈবনি ।
গোবর্দ্ধন চীংগী নূংলক্তা অক্ষয়বটকী মখোঙ্‌দা
যনগী যল্লুপ খুদীংদা যমুনাগী পুলিন্দা
কৃষ্ণ ঐ লৈরিবনি, লৈরি ঐ মফম্‌ পূম্বদা ।
ভক্তশিংনা পূম্না ঐগী কোলোই শোন্‌বা মফম
খোইদোক্না গোপী নখোয় খিবিক্কী থম্মোইদা
কৃষ্ণ ঐহাক্কী শুক্‌লেঙ্‌ লেঙ্‌দনা লৈরিবনি;
থৱায়গী ৱাধে নঙ্‌দি ঐনি ঐস্থু নহাক্‌নি
নঙ্‌গী ননাক্তগী ঐনা করম্‌ পাম্না লৈনি ?
থৱায় য়াওদবা হকচাং হিংহ্না লৈবা ঙম্বরা
নহাক্‌ য়াওদনা কৃষ্ণ ঐনা হিংবা ঙম্বরা ?
ৱাশক্‌লি—কৃষ্ণ ঐনা, হন্না হন্না ৱাশক্‌লি
বৃন্দাবনদগী খোঙ্‌নামা থাংদোক্‌লোই কদৌয়ুংদা

গোপীগী থম্মোইদগী লেঙ্‌লয়োই কদৌম্নুংদা
হিংলয়োই কৃষ্ণ ঐদি রাধা নহাক্‌ য়াওদনা।
কৃষ্ণ রাশক্‌ ভাবদা মোমোম্নরে রাধিকা
হয়াওজরে গোপীপুম্বা বৃন্দাগী বন্‌থুদা।

---

## মহারাস— গোপীপ্রার্থনা

বৃন্দানা শেন শাজরে রাসমণ্ডল্‌ নীংথি ফজনা
মবুঙো মংেম্মা পেম্নবা শেমজৈ লৈজবা থাক্তনা।
ঈংলবা মালয়া শিংলকলে থাজস্থু রাংনা কারক্‌লে
মনি রত্নগী থাওমৈনা ঈরংলংলে কুঞ্জসে
অহিং মুংখিল্‌ থায়দরে হয়াও মথোই কাজরে
লৈনম্না হা-রে, খোইমুস্থু ভংলে কোকিলস্থু খোংলে
রাহোংস্থু জগোয় শারে ঈশৈ শক্‌লে শুক শারি
গোপীশিংনা ইকোয়্‌ কোয় রাধা কৃষ্ণ য়ায়দা লৈ
অনিনা শান্নরি মহারাস হয়াও মথোই কানা।
অনিগী শকম্‌ উজবা ইপেন্‌ পেল্লি গোপী পুম্বা
জগোই শারি ঈশৈ শক্‌লি যন্ত্র মখল্‌ মথেল্‌ য়ৈরি খোংলি
যন্ত্র পুম্বৈয় শুরগা মেঙ্‌ন- শুক্মৎ-খোঞ্জেল্‌ গোপীশিংগী

অনম্ত্তা ওইনা তিন্দুনা ইনিন্ নিল্লে কুঞ্জবন্সে
নোপুর্ খোঞ্জেল্ ঝন্ঝন্ ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা
নাইতোম্ জগোয়্ শানবা গোপী থম্মোই শুঙ্কৎলি;
রাধা কৃষ্ণ জগোয়্ শারি মী শুঙ্কৎপা শাথেক্লা
গোপীশিংনা শারি জগোয়্ খুৎশম্মনা ফজনা
ল্লুর' ল্লুরবা তাল্দা অভিনয়্গা লোয়্ননা;
জগোয়্দা হৈশিংলবা নটরাজ শ্রীগোবিন্দ
গোপী খুদীং লেঙ্গোম্না-জগোয় শামিন্নে হরাউনা;
গোপীশিংগী মায়থোং থম্বাল্ লৈহি চুপলি মাধব্
মবুঙোনা চান্বীরবা গোপী খুদিং পেঞ্জরী ।
অয়াম্বা গোপীশিংনা জগোয় ঈশৈদা লূপলিঙৈ—
হবাও মথোই কারিঙৈ উচেক্ রায়া খোংলিঙৈ
ইবুঙোনা চান্বীবা গোপীশিংনা খল্লিঙৈ
ঐখোইবু হেনবা লৈতরে নাপল্না ময়াই কারিঙৈ
ইবুঙো ইবেম্মা অনিদি লেঙ্শিন্খরে কাইদ-কাইদা
থুপ্ল' কুঞ্জ মন্নুংদা গোপী কনা উহৌদা—
চিংনা য়েং—মোমোন নোক্, রাধিকাগা লোয়ননা
ইবুঙোনা শাম্নরী, রাধা মথোই কাজরি;
গোপীপুম্বা থাদোক্ল' মহাক্তনি চানবীবা
খল্লুরে রাধিকা মহাক্তনি খ্বাইদৈই হেনবা
নাপল্ মথোই কারবী মবুঙো য়েংনা হায়রক্লে
"থরায়গী মবুঙো খোঙ্ থাংবা খোক্তরে

তিংখঙ্ তুম্মৌলক্সিদা অমুক্ চৎপা ঙমজদ্রে"।
"চায়বী রাধিকা কাখৎলক্উ লেংবান্দা"
নৌথজবী রাধানি মবুঙোগী লেংজুম্দা
খোংথাং অনি মরিনি ফজরবা কুঞ্জদনি
খঙ্হৌদনা উখিদ্রে-চায়থোইবা শক্হেন্বা
লৌশিং লাক্লে রাধিকা ঐনা লানগ্রে য়ায়া লানগ্রে
নাপল্ মথোই কারুরে—মনাই ওইবী কাউরুরে
"কদায়দনো শ্যাম্ রাধা থম্মোই মবুঙো
চান্বীয়ু ননাইবু হুন্দোকপীয়ু অমুয়া"।
জ্ঞান্ মাঙ্না রাম্বুরি হরি কোলোই শোঞ্জরি
শুক্ল বন্ ময়াইদা লুরুক্ হিরা তেংথারী।
রাস মণ্ডল্ ময়াইদা গোপীশিংনা খঙ্লক্লে
ইবুঙো ইবেম্মা লৈরমদ্রে-থরাই রানা থিরক্লে;
কুঞ্জবন্গী লম্বীদা শুক্লবা উমং থাক্তুরে
উখি খোঙ্গুল মরি—লাকখি খোঙ্গুল তুংইন্না
থর চৎলে হায়রগা—উরে খোঙ্গুল্ অনিতা
খঙ্ই ইবুঙো খোঙ্গুল্নি যোগী ঋষিনা পাম্জবা
উরুরে গোপীশিং রাম্বুরিবী রাধিকা
ইবুঙোদি লৈরমদ্রে—রাবনা চিনবান্ কংলক্লে;
মবেম্মগা লোয়ননা গোপী মথোয় থিবিরা
শোঞ্জরক্ই হরি কোলোই পূন্না মুংশি খোঙ্গেল্না—
"কদায়দনো শ্যাম্ গোপী থম্মোই ' মীওৎপা

চানবীয়ুনে নহাক্না ঙাক্পীয়ুনে ইরাল্ কয়া ”
গোপীনা কৌষা তাবীরে রাধানা রাবা উবিরে
খঙ্হৌদনা থোরকুলে মদন্ মোহোন্ শক্নৌবা
গোপীশিংনা ইকোয় কোয় হরাও মথোয় কারবা
থিঙ্গিজরে মথোয়না ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক
যোগপীঠ কুঞ্জ রাজ' খৌরাংজবা ভরুন';
চীরুবা কুঞ্জ মুংদা শান্নরী অথুপ্পা লিলা
ইঙ্গিত্ খঙ্বী সখিনা মরুওইবী সখি নিপাম্না
চঙ্জৈ সেবা মথোয়্গী চেক্শিন্না ঙৌখিনা,
কনানা চামর হুমজৈ কনানা মখোঙ্ নোইজৈ
কনানা শিক্-নাজৈ তপ্পা তপ্পা কনানা কা লান্জৈ
কনাগুম্বী সখিনা মনম্ মুংশির' থরু'-ঈশিং
কনাগুম্বীনা লৈগী পরেং লৈগী নাচোম্ হুকচৈ চিঙ্গৈ ।
মবুঙো মবেম্মা অনিগী যুগোল্ মুর্ত্তি উজবা
পুরীং তুজং হরাউই গোপী মথোয়্ অপুম্বা ।
যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র কয়না চহি চা কয়া কয়া
হোম্ জপ্ জপ্ তপ্ তৌদুনসু ফংডমদ্রবা
মবুঙো মবেম্মা অনিগী অসিগুম্বা যুগোলরূপ,
উজদুনা গোপীশিং লাইবক্ ফবী ওইজরে ।
ফুগায়না শাংলবী থম্বাল্গী লৈনা ওইবী গোপীনি
মকোক্ ওইবী সখি নিপান্ ওইরে লৈরিক্ ফজবী—
রসতনা ঙাওজরবী তনিক্ তনিক্লিবী

অসিগুম্বা লৈরিক্লা য়োম্‌শিল্লবা লৈয়োম্‌ং
কুঞ্জরাজ যোগপীঠ' মনিগী তাঙ্‌বল্‌থক্তা
রাধা কৃষ্ণনা ঙাম্থোইরী কাম্‌ কোটি শুম্নাংনা
উজবদা অসিগুম্বা ফংঙম্‌দ্রবা যুগোল্‌ মুর্ত্তি
হরাও মথোই কারবী ঙাওরবী গোপীপুম্বা
হায়নরক্‌ই মখোয় মশেল্‌ শরুরক্‌ই মুংশি ঈশৈ—
" য়েংউ য়েংউ ইতাশা রাধা কৃষ্ণ যুগোল মুর্ত্তি
নমিৎ পেন্না য়েংজহৌ ফংঙম্‌দ্রবা মুর্ত্তিসে
শ্যাম্‌গী ওইদা ঙাম্থোইরী রাই বিনোদিনী ফজবী
ফুয়না নোং হৌঙম্বা শ্যাম্‌ নোংথাং ওইরে ইবেম্মনা
উজবদা যুগোল্‌ মুর্ত্তি লাইবক্‌ ফরে গোপী ঐখোই ।
অসিগুম্বা শক্তম্‌বু ইবুঙো ইবেম্মা অনিবু
মপোক্‌ খুদীং উজবা চরন্‌ সেবা ফংজবা
পীনবীয়ু নখোয়না মপোক্‌ মপোক্‌ খুদীংদা;
ননাই ওইবা ফংজগে নখোং থম্বাল্‌ উজগে
ঐখোয় থম্মোই মন্দিরদা যুগোল্‌ সেবা ফংজগে
পীনবীয়ু নখোয়না চান্‌বীয়ু চান্‌বীয়ু ঐখোয়বু" ।
ঘীদা লুপ্‌ ... আরতিবু কঁচ্চরী
গোপী শিবক্‌ ... কচৈ শোঙ্গে পুল্লপা—
" জয় ... জয় ... কৃষ্ণনা জয় ওইরে " ।



... লোইরবা